# মণিপুরী আর্টকী রারী-শীংবুন

**( Research Work on Manipuri Art )**

অহানবা শরুক

( খৃঃ ১নবা চহিদগী ১৯শুবা চহি-চা )

## মুতুম বাহাদুর

পোৎ খোমজিনবা, নৈনবা, মেপ য়েকপা,

লাইশিং য়েকপা অমসুং ফোটো নম্বা।

**মাহৈ থরদুং ইবিরকপশিং ঃ—**

মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবা

ডাঃ এম, কির্ত্তি সিংহ এম, এ, বি, এল,

ডাঃ এল চন্দ্রমণি সিংহ স্পিকর

এল, মনাওবী এক্স ট্রান্সপোর্ট মিঃ

রাজকুমার রঞ্জন সিংহ বি, এ, (ওনর্স) এম. এ,

অফোবা ঃ— অইবা মশামক




লাইরিক মশিং — ১১০০

অহানবা নম্বা— ১৯৭৩ ইং

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মেপশিং, লাইশিং অমদি ঙ্কি শিং অসি কনাগুম্বনা শিনদোকপীগে হায়রবদি অইবা মশাদগী য়াংলোল অমতং লৌবীগদবনি।

হক পুম্নমক অইবগীনি মমল লুপা…

অক্ষম ঃ— গীতা প্রেস, অমসুং ফ্রেণ্ডস ইণ্ডাষ্ট্রিয়েল প্রেস।



**ডাঃ এল. চন্দ্রমণি সিংহ**

স্পিকর, মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্বিলি

মৃতুরা বাহাত্বরগী মণিপুরগী মেপ থাইনগী চীংলম্বী তাক্পা অসি থোইদোক্লা নীংশীংনীঙাই ওইবা মেপ অমনী। মেপ অসিদা উৎলিবসি মণিপুরতগী ওইবা চীংলম্বী ময়াম লোইনমক উৎনবা হোৎনরক্লবস্তু বাহাত্বরনা মণিপুর অমদি নক্লনা লৈবা আসাম, বর্ম্মা অমদি লুসাইশিংগা লৈনরম্বা মরী অহুগী চীংলম্বীশিং নিংথীনা উৎলি। অঙনবা যুগকী ইতিহাসনা শাক্তিনী – চীংলোন মাপলনা কোইশিল্লবস্তু মণিপুর অসি থংননা লৈবা লৈবাকশিংগা চৎথোক-চৎশিন তৌনবদা খুদোংচাবা পিবম্বা চীংলম্বী কয়ামুক লৈ। ইরারাদি অমদি চিনদ্বিন তুরেলশিংগী তোর্ব্বান্দা চৎখ্রগা মণিপুর তাহুনা মখাথংবা বর্ম্মাগা শুরমা তম্পাক্কা শম্নবা য়াবা লম্বী লৈ হায়বসি প্রোফেসর হোলনা শাক্তিনী। কর্ণেল গিবিনিনা হায়বীবা রাকম অসি শৌগৎপা মত কয়া কোংদোকই। সার জেমস জোনষ্টোননা অমুক্কসু হায়বি, ভারততা লাকখিবা আর্য্যশিংনা লম শন্দোক্লবা হোৎনরকপদা মণিপুর ফাউরগা বর্ম্মা ফাউবা চৎখি।

মবম ময়াম পুন্নমকসি য়েংলুবগা মৃতুরা বাহাত্বরগী মেপ অসিদা পীরিবা চীংলম্বীশিংশি চুম্নিংঙাই মবম লৈ। মণিপুর তম্পাক্কগী কাছাড় তাখিব্রা লম্বী অসি ঐখোযগী ওইনা হান্নানা থংনজরম্লবা তোংজে মরীলগী লম্বীনি। অঙনবা যুগকী ইতিহাসতগী লৈরক্লবা লম্বীনী। সাহেবশিংগা মরী লৈনরবা মতুংদা শোক ১৮৩৭ তা কেপ্টেন গর্ত্নি্রনা পাকথোক্লবা শেমখিবনী। অনিশুবগী লম্বী মণিপুর তম্পাক্কগী লুসাই চৎখিব্রা লম্বী (হৌজিক্লা মিজোরাম) অসিশু অঙনবা যুগতগী লৈজরম্লবা লম্বীনি। লুসাইগী লুচিংবশিংগা

মণিপুরগী নিংথৌশিংগা চাম্লনা তিন্নখিবা মতমদা অমদি লাম্থেংনখিবা থৌদোক কয়াদা ইম্ফালদগী মোইরাং, মোইরাংদগী মথং মথং চীং কাখিন্নুনা লুসাই তাখিবা য়াবা লম্বীসিদা মণিপুর অমসুং লুসাইগা মরী লৈনরক্লীবনি।

মুতুয়া বাহাত্তুরগী অহুমশুবা লম্বী ইম্ফাল তম্পাক্তগী তমু, পাম্থানচিংবা তাখি্বা লম্বীশিং অসিসু য়াম্না লীরবা লম্বী ঙাক্তনি। বর্ম্মা অমসুং মণিপুরগী লম্বী চহি লিশিং কয়াদগী লৈরক্লবা মরীনি। মণিপুরগী নিংথৌ কয়ানা নিংথি তুরেল লান্দুনা অন্নাংথংবা বর্ম্মাদা লান্দাখিবা পীরীবা লম্বীশীংশিদনী। মতৌ অশুন্না ঔরাদা কোন্নুং শারম্বা বর্ম্মাশীংনা মণিপুরদা লান্দারকখিবা অতুসু লম্বী অসিদা চৎলগনী।

মরম ময়াম পুন্নমক অসি য়েংলগা মুতুয়া বাহাত্তুরগী ঙাপ্রম চীংজীল লম্বী, তোংজৈ মরীল লম্বী, অখুই লম্বী, ঙারা চীংজেন লম্বী, হৈরোক চীং লম্বী অমদি আইমোন চীং লম্বীশিং অসি অঙনবা যুগতগী লৈরক্লীবা চীংলম্বীশীংনী হায়রুবদা চীংননীংঙাই লৈতে।।

---

মুতুয়া বাহাত্তুরগী "মণিপুর মমাংঙৈগী চাওরাকপা ঙমখৈ" মণিপুরগী পাক চাউবা উৎলীবা মেপ অসি লাইরিকশিংদা পীরম্বা ঙমখৈ থিরগা য়েকপা মহাক্তী ওইবা তোপ-তোপ্পা মেপ অমনি। শোক ১৭৬৯ দা য়েকখিবা রিনেলগী মেপ "ডোমিনিয়ন ওফ মেকলে" (মণিপুরগী লম) হায়বা লমখৈ তাকপা মেপ অতুদদী বাহাত্তুরগী মেপ অসিদগী য়াম্না চাউনা শন্দোকপা হেল্লী। রিনেলগী মেপতদি মণিপুরগী পাক-চাউবা অসি বঙ্গোবসাগরগা হেক থংননা লৈবা চিটাগোংদগীনা আসামগী সদিয়া ফাউবদা মপুং ফানা কামথোকত্রিবা

ৱবর বেলুন অমগী মওং মান্না পী। ম্নিনেলগী মেপ অসি অন্নানবর্ন হায়না পীনবা হোৎনবদা লুনা থোক্লনী। ১৯ শুবা শতাব্দীদা মণিপুরন সাহেবকা মরী লৈনবা হৌবক্লবদা পীরম্বা সাহেবশিংগী রেকোর্দশিংনন্ মণিপুরগী পাক-চাউবা ওমখৈ লৈরম্মী হায়না পিরী। কবো তম্পাব পুন্নমক, কাছাড়গী অয়াম্বা লম লুসাইগী অরাং নোংপোক থংবা শরুক ধনশ্রী অমদি দোয়েং তুরেলশিংগী তম্পাক্তা লৈরীবা উমংগী পাৰিং অসি শোক ১৮৩৫ ফাউবদা মণিপুরগী সিমানা ওইরম্মী হায়বসি ইতুনা লৈবা রেকোর্দশিংনা শাক্ষিনী।

মরম অতুনা মুতুরা বাহাতুরনা য়েক্লীবা ওমখৈ অসিদগী য়াম্না হেন্না পাক শন্না শন্দোক্লম্বা মণিপুরগী ওমখৈনী হায়রুবদা অন্নানবা ওইরোই।

---

কলা বিদ্যানা জাতি অমগী ফজবা নৈনতুনা সভ্যতাগী মচেং মচেং খর ফোংদোকই। ফজবগী ফিদম তানবা হায়বসি পুন্সিগী পন্থুং অমনি। মীওইবগী অকবা পুক্নিংগী অফাউবা অমসুং অফবা জ্ঞান (Sentiment) অতু সমাজদগী পোক্লকই। কাওলুপ অমগী সভ্যতা থংগে হায়রবদি কলাবিদ্যানা শেমগৎপা পোৎথোকসিং ইশৈ, জগোয়, লাইয়েকপা, মূর্ত্তিশাবা অমসুং ফুরা-দলানগী শিলম থংবা তাই।

কলানা Reality (ঈশ্বর) অমসুং পুন্সিগী মশক উৎলি। ফোংদোক্লিবা পুন্সিগী মওংশিং অতু হোংদোক হোংজিন তৌবগী লোইবা নাইদে। পুন্সি মথন কয়া যুগ খুদিংনা কলাদা ফোংদোকই।

কলাদা য়াউরিবা মচাকশিং অতু কলাকার অতুগী মপুন্সিগী শরুক, পুক্নিংদা পানখিবা অমসুং Subjetive ওইবা মওংনি। তৌই-গুম্বসুং কলা অসিনা Reality (অশেংবা মশক) অমসুং অকোইবদা

লৈবা সমাজ অমসুং অবস্থাগা মরী লৈনত্রবদি মুংথিন মওবা মও তারকই। কলাগী মমল য়াম্নবা পোৎশিং অতু লৈবাক্কি অমসুং কলাকার কয়াগী পুন্সিগা খায়দোক্নবা য়াদে। কনাগুম্বগী মত্তা কলাদা ফংবা feeling অমসুং emotion অতু ঐখোইগী পুন্সিগীগা থেন্নে হায়। দর্শনিক অমসুং কলাকারশিংনা Symbol ( খুদম ) দা ফোংদোক্নবদা লুপথিবনা তোঙানবা পুন্সি লৈজে। মখোইবু ভাব অমা ওইনা পুনৈ। য়ুম্বানবগী চিললবা থবক ময়াম অমসুং সমাজগী ওল্লাংবা কয়ানা ঙহাক্তা ফাউরকপা ফজবগী মশক য়েংশনবা ঙমহন্দে। কলাকারগী পুন্সিদি য়েথোক্তনা থমই। মতু চপচাবা ওইরক্নবা মতিকচানা নৈনরবা মীওই চংই।

কলাবিদ্যাগী জগৎ অসি চাওখৎনবা মশাগী আইন লৈজে। মসিগী অশেংবা মশক্তি চহিগী অথিংবা, জাতি ওইবগী পন, মফম অমসুং মতমগী রাংমদা লৈ। ইতিহাসকি অঙকপা মহোং অসি রাংমদা লৈত্রনা Value দা পুশিনলি। লৈবাক অমা পুন্সিনবা অমসুং পৃথিবীদা খেন্নবা মুথৎনবা fine arts কি মথৌনি।

মণিপুর মশাগী ওইবা fine arts লৈরকই। খুদম ওইনা জগোই অমসুং পুং-ইশৈনা মালেমদা ভাম্থোইরি। রাস অমসুং লাইহাওবদা চংবা ফিজেৎ অমসুং লৈতেংশিং শেম্বা অহৈবা মীওই চংই। এলহৌভৈগী মৈতৈনা শাগে কাঙলুপ নাইনা লাইফি শাবা, লৈতেং শেম্বা অমসুং য়েক-খোৎপা তৌনরকই। মুপী মচাশিংগী পুন্সিগী মতাংগা চান্নবা ফিজেৎ, সমাজদা ওইরক্লিবা ফমগী মতুং ইন্না শেৎ-চাবা অমসুং নিংথৌতনা শিজন্নরম্বা art কি থবক য়াম্না লৈ। চীং-তমগী প্রজাশিংনা জগোইগী ফীজেৎ লৈতেং শেম্বা, মনম মুংশিবা শেল্বা, লৈ লেংবা, লৈরোং য়েকপা অমসুং লোনবগী থবক কয়া চৎনরকই। য়ুমগী চীরোং থেৎপা, অকনবা মুংহত্তনা কান্নবা রাহৈ-রাতা ইশিনবা, ধাতু হৈবা, চাউবা পাকপা ওনবা কয়া শেমগৎলম্বা হৌজিক ফাউবা ফংলি।

মণিপুরদা অংগোই, ঙসৈ অমসুং সাহিত্যগী খোংদা অঙকপা ফংনা লাইরিক পোকলে। লাই য়েকপা, য়ুমশাবা, ফি লোনবা অমসুং লৈবাকসি শোপতোপ্প কলাবিদ্যাগী রাষ্ট্রি নৈনবা অক্রোংবদি য়াংলি। মতাং অসিদা শ্রীগুরু বাহাদুরনা য়াথম চংলবা লাইরিক পুথোক্তুনা অয়াংপা মেনসিনলি। মহাক চহি ১০ মুক মণিপুরী মফম অমসুং মপানগী লম কগা কোয়তুনা আর্টকী মশক লেপ্পুনা তমশিনবা, খোমজিনবা, অর্থ পীবা অমসুং থুগাইবা (analysis) তৌরকই। লাইবিক্কী শক্তম ময়াম অসি য়াম্না য়াবা অমসুং মতম চংবা অত্তুমদি ওইরগা নৈশিংবা মপোনি মচ শিংদুবগা, শরাইশিংবু মচুদা ওন্থোকপা থুংশাগী পোথোক অদু য়াবিদা পানশিল্লগা বাড্রিদলবা হোৎনবা, লাইদা ফি, থাকন অমসুং ফীয়ান কংপগী নিয়ুম নুপীশিংনা শাফম-লানফমদা য়াক্লবা মীওইদা মনা পীরম্বা মতাং অসিনচিংবা লমসিগী ওইবা মচাক খরা ফংই। মপানগী জাতিশিং থাগী, ঔরা অমসুং নোংচুপকি লমশিংগা মরী লৈনবা অত্তুপ্পু কলাগী পোৎশিংদা ফংই। শরুক অনিমক্কা ঐখোইদা appeal তৌই।

হৌজিক্তা চীং-তমগী প্রজাপুম্বা অনৌবা পামতুনা থায়নগী মমল য়াম্লবা হী-য়াই পুম্বা বিদায় তৌনরে। অনৌবগী মা অমসুং তীম্না চিকথংতুনা মমিং মমনরে। থায়নগী পোৎশক্তা সভ্যতা ঙাকপা ঙম্বা মচাক য়াউবতু থাগৎপা ঙমদ্রে। মণিপুরগী পুক্নিং খংগে হায়রবদি থায়নগী লন-থুম অমসুং সভ্যতা মৈনদবা য়াদে। হৌজিক ফাউরক্তা মঙান মশা খজিক্তুং লিংশংনবদা নত্তনা তুংদা করি ওইগদবা মমলে। মশক উদন মাংখিবা য়ারে। ঐগী মরূপ মুতুয়া বাহাদুরনা "মণিপুরী আর্টকী য়ারী-শীবুল" হায়বা লাইবিক ছাপা তৌদুনা পুথোকপিবসিনা প্রজাগী পুক্নিংবু মৈতৈগী সভ্যতা অমসুং হাম্নদগী চংমররূপা মশকপু ইকাই খুম্নরিবনি খল্লি।

তাং ২৩। ৫। ৭২ ইং          ডাঃ এম, কীর্ত্তি সিংহ এমঃ এঃ বিঃ এল,

ঐগী মরূপ মুতুরা বাহাত্বরগী ইতিহাসকী ওইবা মেপশিং অসিদা য়েক্লীবা খুংয়েক অমদি শিজিননরীবা খুদমশিং অসি নিত্তি-নিয়ম ঙাক্লা য়েক্লবা খুংয়েক্লী হায়না লৌই। ইতিহাসকী ঙমখৈ অমা য়াংপা হায়বসি অরায়ব থবক নংতে মরমদি য়াংলিবা ঙমখৈ অত্বগী য়ুমকম লৈফম থোকপনি। খুদম ওইনা হায়রবদা য়ুংদা হক্তুনা ইরম্বা, মুর্তী লৈতেংগী পোংচৈ অসিনচিংবনা মতম অত্বগী পোংচৈনা য়ুমকম ওইত্বনা মতমত্বগী ঙমখৈ লেপকনি। মেপাসিদা থাম্বনা পাল্লম্বা নিংথৌরোল কয়াগী ঙমখৈ অমদি চংথোক-চংশিন তৌনরম্বগী মরম কয়া উৎপসিনা মরূপ অসিগী হনবা নায়দনা হোৎনবগী ময়েক লারবা খুদম অমনি। মণিপুরগী ওইনদি নহারোলশিংগী মরক্তা লময়ানবা অমনি। লাইরিক অসি হৌজিক হৌজিমক্তী অমদি তুংগী মীওই কয়ামকমদা কাননববা মচাক মথুম্না থল্লবা পোৎশক অমা ওইহল্লগনি হায়না আশা তৌজে। থোযদোক হেনদোক্লা মমাংঙৈদা ওইরম্বা ইজাতীগী ফিভমবু মতম কুইনা নিংশিংহন্নবা পাম্বৈ অমম্ম ওইরগনি।

রাজকুমার রঞ্জন সিংহ

তাং ২৫, ৬. ৭৩ ইং — বি, এ, ( ওর্নস ) এম, এ,

---

শ্রীযুক্ত মুতুম্না বাহাত্বরগী মণিপুরগী ফীবমগী চাঁও লম্বী অমম্মুও মণিপুর মমাংঙৈগী ঙমখৈগী মেপ অসী য়েংজরে। মহাক্লা মীতৈগীদমক থিজিল্লিবা অসি মশাগী য়েংন থিবা মতৌ নত্তে। মণিপুরগী মাঙত্বনা অমম্বদা তাত্বনা লৈহৌরগদবা পোৎসু তুংগী থিজিনবা পামবা কাঙবুগী লময়ানবগী থবক্লি। মহাক্লা থিরিবা অসিদা য়ুংঙাইজবদি কনাগুমবা অমগী ঈমুংদা তাত্বনা লৈরবা অরিবা পোৎ হায়বদি নিং-ঙেলগী লাই পিথ্রাই মুত্তি অত্বগা হৈরোককি হিদং ময়ুমগী মন্দিরদা লৈবা বৌদ্ধ-মুর্ত্তিনচিংবা পুথোকপা অসিনি। মসিদ হায়জনিঙবদি

কোহিমাগী রিজার্ভতা লৈরিবা খোঙ্গুল অমসুঙ নমঙা অসি খোঙ্গুলনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগীনি অহুগা নমঙা অসিনা শকাব্দ ১৭৫৪ সি য়াইদ ২৫ নি পানবদা খিপুমৈগী ঈশিংখোং মপানদা মৈতৈশু চিঙলেন নোংত্রেন খোম্বা (গম্ভিরসিংহনা) মেরা খেবমৈ, তোনলোই চামৈ, পিংতেমৈ, খুনৌ, খুলেন, উতু য়াশমৈ, য়াকমৈ খিশামৈ য়াওনা নুঙ হোংবদা যুংবা নুঙনে মসি চুমখোকপা পামই।

খোংলমগী অখুবা নুঙগী ময়েক য়েংহনিংই। অমনা টিপাইমুখকি অহুয়াইদা তুরেন্দা লৈবা গরিবনিয়াজগী খোঙ্গুল লৈ। মাহু ঙসি ফাওবা চিঙমীনা ঙা থিবা চৎপদা খোঙ্গুল অহুদা পোৎ কতুনা খুক্রুম্লবদি ঙা ফাই হায়নৈ। মাহুগা য়েংলগা হাপ্পা পামজে। অহুগা খ্বাংরঙ্খন কয়থেলগী কয়থেল লাইব্রেরীগী মুর্ত্তি জাপান লান্দা বোমনা থুদেক্কুনা তাবদা স্বর্গীয় সলাম গম্ভীর সিংহ ম্যানিসিপালিটিগী চেয়ারমেন ওইবা মতমদা ফুমথিবা অহুদগা পলহন্নিঙই। হায়জনিঙবদি মণিপুর সরকার রিশার্চ মিৎয়েঙ চঙবিরবদি ফুকথোক্কুনা ম্যুজিমদা থমবিবা য়াগনি।

নহা ওইবিবা অঙাং অসিনা তৌরিবা থবক অসি সরকারনা খরা থৌগৎপিরবদি মহাককি থবক অসিনা তুংগী কান্নবা অমসুঙ থায়নগী মণিপুরগী মশক খরদি থঙবা ঙমগনি নিঙই।

মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিট অচৌবা, খোংমন।

---

মুতুরা বাহাদুর নহা অমা ওইনা মীতৈগী অশেংবা অরিবা পোৎশকপু থীজীন খোমজিনবদা য়ান্না মরু ওইবা থৌদাং য়ারিবা মীশক্তি। মাংথরকলবা অমসুং মচোয়-মচোয় তারবা মীতৈগী অরিবা শকফমবু অমমতা ওইনা মফম চানা লেঙশিননবা হোৎনবসিদা হুননায়দবা থৌনা পিবিনবা তেংবান মপুদা নিঙ রি। অসিগুম্বা মীতৈগী

লনগৈবু চেকশিন খোয়জিনা থম্লবা, ৱাখল লৈরবা মীওইখিবিকী পুক্লিং চিংশিনবা মতম ওইবমাল্লে খনজৈ. লোয়ন-লোয়ননা তুংদস্থ অসিগুম্বা লাইরিকশিং পুথোরক্লবা ইরৈবাকচাসিংগী মিৎয়েং চি শিনজরি।

লাইশ্রম মনাওবী

ইম্ফাল তাং ২৬ | ১০ | ৭৩ ইং এক্স মিনিষ্টর, ট্রান্সপোর্ট।

---

# ৱারোল থরদং

"মণিপুর আর্টকী থারী-খীংবুন" কৌবা লাইরিক অসি হৌংশোক ১৯৬৭ তগী হৌদুনা ১৯৭৩ গী জান্নুয়ারী থাদা হৌবা লোইখ্রে। লাইরিক অসি ইনবগীদমক আসাম, ত্রিপুরা বঙ্গদেশকী লমথৈ, মণিপুর অমসুং ব্রর্মাগী শরুক থরদা চৎতুনা পোৎচৈ থিজিন-খোমজিনবা, অমদি নৈনবা হৌজরকই। লাইরিক অসি অহানবা শরুক অনিশুবা শরুক অমসুং অহুমশুবা শরুক হায়না খায়দোকচৈ। মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডীত অচৌবা, থোঙাম মাধব পণ্ডীত, এন, খেলচন্দ্র সিংহ, ডারিয়াম্বম কুলচন্দ্র পণ্ডীত, ডাঃ এম, কির্তি সিংহ, এন, ইবোবী সিংহ, ও, ভোগেশ্বর প্রোঃ ও ইবোচৌ, আর, কে, রঞ্জন, পী, লোকেন এল, মনাওবী অসিন-চিংবা পুকচেল চাউরবশিং অসিনা থৌনা হাপকৎপিখিবা, শেলগী মতেং পাংবিখিবা অমদি পাওতাক কয়ামরুম পীবিখিবগীদমক লমন ভোনশিনজরবনি।

চীংগী লমশিং কোয়বদা লমজিং পীবিখিবা চীংগী ইচিল-ইনাও-শিংগী মফমদস্থ লমন ভোনশিনজরবনি থায়নগী পোৎ-চৈশিংবু মতম কুইনা লীশিন্দুনা থম্বীরম্বা পুকচেল চাওরবশিংগী মফমদস্থ তৌবিমল থঙবা উৎচরি। ইকায় খুমনিঙাই ওইরবা ডাঃ চন্দ্রমণি সিংহ, ডাঃ কির্তি সিংহ অমসুং মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডীত অচৌবা, লাইশ্রম

মনাওবী অসিনচিংবনা লাইব্রিক অসিগী মরূমদা য়াহৈ খরদং ইবিরকপা অসিগীদমক লমন তোল্লবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ব্লোক অয়াম্বা ইন্নামবা মঙ্গী এলাং লৈকাইদা লৈবনা থুনমক শাবীরকপা অসিনসু থুনা লোইশিনজবা ভমজবনি। গীতা প্রেসকী মেনেজর অমদি ফ্রেণ্ডস ইণ্ডষ্ট্রীয়েল প্রেসকী মেনেজরশিংনা লাইরিক অসি থুনা পুথোকনবা হোৎনবদা অরাবা কয়ামকুম খাংবিখিবগীদমক তৌবিমল খভবা উৎচরি।

মণিপুর সরকারনা লাইরিক অসি নমথোক্লবগীদমক শেলগী মতেং পীবিরকপগীদমকসু তৌবীমল খভবা উৎচরি। অরোইবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বানানগী শরুকসু থুনা লোইশিন্নবা হোৎনবদা অবানবা কোঙ্গাই য়াওখরে মসিগীদমক ময়াম্না ভাকপীগনি। পীজরিবা খুৎলপশিং অসি "চৈথারোল কুম্বাবগী" মতুং ইন্না পীজবনি। লাইরিক অসিগী শরুক্তা অরানবা শরুক য়াওরবসু মথংগী খুৎনমদা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি। ঐনা নৈনজরিবা মতাং খরদংদদি তোঙান তোঙানবা মত কয়ামকুম লৈবা থেংনজে। অদুবু মথংগী খুৎনমদা য়ারিবা মখৈ অমুক্কা থিজিন হুমজিন্দুনা চুমথোক্লবা হোৎনজগনি। মসিগীদমকসু অখং-অহৈশিংনা মতেং পীবিগনি নিংজে।

ইম্ফাল তাং ৬। ৯। ৭৩ ইং

মুতুবা বাহাদুর

---

# য়াউফম তাকপা

| হীরম | লামায় |
|---|---|

## লাইশিং য়াওবা লামায়



---

# ব্রাহৌদোক

## মণিপুরগী মমাংঙৈগী ওমথৈ

মণিপুর ষ্টেট ভারতকী অৱাং-নোংপোক চিদাইদা লৈ। লৈবাক অসিগী অৱাংগী লেটিট্যুডশিং ২৩°৫০´ অমদি ২৫°৫১´ নি, নোংপোক্কী লোঙ্গিট্যুডশিংনা ৯৩°১০´অমদি ৯৪°৪৫´ নি। অৱাংদা হৌজিক্কী নাগালেণ্ড মখাদা হৌজিক্কী মীজোরাম, নোংচুপ্তা আসামগী কাছার ডিষ্ট্রীক অমসুং নোংপোক্তা ব্রহ্মদেশ লৈ। অদুবু মথক্তা পীরিবা লমশিং অসিনা মণিপুরগী মহৌশাগী লৈজরকপা ওমথৈদি ওইরমদে। লৈবাক অসিগী পাক-চাওবা অসি মতম মতমদুদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংগী মপাঙ্গল মথৌনাগী মখা য়াম্না পোল্লম্মী। মতম অমদা নিংথি তুরেল* ( চিনদ্বিন ) গী নোংপোক থ বদা লৈরিবা লম অয়াম্বনা মণিপুরগী ওমথৈ ওইবমই। নিংথি তুরেলগী য়াংমদা লৈবাক অসিগী ওমথৈগী উচ্চক অসি ব্রিটিসকী মীওই অহুমগা লোয়নননা খৃঃ ১৮২৯ দা অৱাগা মণিপুরগা ওমথৈ য়াৎনখি। মতম অমদনা কবো তম্পাক অসিদগী খরদং মণিপুরগী ওমথৈ ওইরম্মী। থাঙ্গৈশেংবদি নোংপোক অমদি মখা মাইকৈশিংদা মণিপুরগী ওমথৈ অসি নিংথিনা য়াৎলমদে মরম অসিনা মতম মতম অদুগী মণিপুরগী নিংথৌশিংনা মাইকৈ অসোমদা লৈবা চীংগী কাঙলুপশিংবু খুদুম চম্বা ওম্লম্বা পাঙ্গল অমদি মথৌনা অদুগী মতুং ইন্না মাইকৈ অসোমদ। মণিপুরগী ওইবা পাকচাওবা য়াৎলম্মী। মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগী মতম ( খৃঃ ১৮১৫—১৮৩৪ ) দা মণিপুরগী ওমথৈ অসি অৱাংলোমদা দোয়েং অমসুং খনসিরিগী মরক্তা

---

* নিংথি তুরেল অসিবু শানশিংনা মুমপুরোং কৌই, ব্রম্মীজশিংনা ছিন্দ্বিন থানলারত্তি কৌই।

লৈরিবা উমং অসি ফাওবনি হা৷বসি ১৮৩৫ ইং ফেব্রুয়ারী ১১ গী অইবা চেরোলনা খুদমনি চাংগী খোঙম্বাদগী অক্ষাং লেটিট্যুড ২৪ ৩০´ তগী মথা ২২´৩০´ ফাওবা শমথরম্মী। মথে নত্রগা মণিপুর তুরেলনা নিংথি তুরেলদা তারম্মী অমসুং গম্ভীরসিংহ নিংথৌগী ওমথৈ ওইনা মথা থংবা কালে ফাওবা অবোইবা লমথৈ লেপল্লম্মী। ইংলোক ১৭৬২ সেপ্তেম্বর তারিক ১৪ দা চিটাগোংদা মিষ্টর ভেরেলষ্টগা হরিদাস গোস্বাইগা অনিনা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পানী অমসুং মণিপুরগী নিংথৌ গৌরশ্যামগীদমক সন্ধি অতুনা হনখিবা য়াবোল অতুগী নতুং ইনা ১৮শুবা চহি-চা অতুরাইদা মণিপুরগী লম অসি ব্রহ্মপুত্র খোঙবান ফাওবদি লৈরম্বা তাই। বৃটিশনা সদিয়া লৌরবা মতুংদা ইংলোক ১৮৩১ দা সদিয়া অসি মৈদংগু গম্ভীরসিংহদা ঊরাগী পান ঙাকবা পীখোর্দসি হায়না বৃটিশশ্রিংনা খয়থি হায়না আকলোংলেৎর মেকেন্জিগী "নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিয়ার অব বেঙ্গল" দা ইরি।

বৃটিশ সরকারগী পার্লনার্ণীগী য়াবোল নং ১২৩ তা ১১ ফেব্রুয়ারী ১৮৩৫ নত্তু মণিপুরগী অৱাংগী ঙমখৈগী কম্বু অসি অমুক্তা হেন্না মচা শায়না উৎলম্মী। হায়রিবা য়াবোল অসিদা ইরি খৃঃ ১৮৪২ ইংদা পানখিবা ঙমখৈগী পরিং অসিদগী চৎথরক্লা। তেলিংলো চীংদোন অতু গম্না হায়থরক্লগা নোংপোক পাংনা চীংচেপতগী তুরেল মচা অমা চেনথরক্লি, হায়রিবা তুরেল মচা অসিনা পাভকোই চীংগী লম্বীগী মামদমদা ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী খোংলমশিং অসিগা ইরাবতি তুরেলগী ইরোং-শিংগা শম্নহল্লি। অসিগুম্বা তুরেল মচা অসিনা খৃঃ ১৮৪২ গী ঙমখৈদগী তুরেল অমি অসিবু পাতকোই চীংলম্বী ময়াদা শম্নহল্লিবা পংথৈ অসিবু মণিপুরগী অৱাং মাখাংক্কগী ঙমখৈ ওইনা খানখি। বৃটিশ সরকারগী মন্ত্রিনিতিগী য়াবোল নং ৯০ তাং ১১ ফেব্রুয়ারি, ১৮৩৫ নত্তু মণিপুরগী অৱাংগী ঙমখৈগী মওং অসি শিংথারী। য়াবোল অসিদা অদুম্বা ইরি —

"ওরা লৈবাক অমসুং মণিপুরনা তৌখিবা সন্ধীশিংনা পাতকোই অমসুং যবেল চৌংশাং অসিবু লৈবাক অনি অমসুং বৃটিশ ইণ্ডিয়াগী ভমখৈ ওইনা উৎলম্মা। হায়রিবা চৌংশাং অসি আসামগী নোংপোক কাচিন্দা চেল্লিবা দেহিং তুরেনগী মক্তদগা শন্দোক্কুনা অরাং কাছারদা চেল্লিবা ধনস্রী তুরেনগী মনাক ফাওবা শমথক্কই।

পোং লৈবাক্কী নিংথৌ কাঁখোম্বনা করো তম্পাক অসি মণিপুরগী নিংথৌ কিযাম্বদা (খৃঃ ১৪৬৭—১৫০৮) দা কৎখি (শিক্রেত কন্সল্-তেশন, ৩০ এপ্রিল ১৮৩০)। নিংথি তুরেল অমসুং অঙ্গৌ চৌংশাংনা বোনবা তম্পাক অসিদা হৌজিক ফাওবা মীতৈশিং থুন্দারি) অরাং-লোমদা সোম্রা লমশাংনা কোনখিব্রা অঙ্গো চৌংশাং ফাওবদা তাখিব্রা সেম্রো, ফুদ্রেৎ, লৈযুম, পনশাং, মেহোং, কোনগা, ইরোং, কোকি, ভাচান, হৈনকোক, অল্লাখোং অমসুং লৈশিননাচিংবা খুলশিং অসি মণিপুরী ভাক্তনি। নোংচুপলোমদা মণিপুরগী ভমখৈ অসি হৌজিক্কী কাছারগী শরুক অয়াম্বা কোনশিল্লম্মী। খৃঃ ১৮১৯ গী চহি তবেং খুন্তাকপা মতম অতুরাইদা মিকির চৌংশাংদগী মখা থংবদা কাছার তম্পাক অসিদি চৌরজিৎ, মারজিৎ অমসুং গম্ভীরসিংহ অহুম্মা লৌশিল্লম্মী হায়বসি ১৮২৪ ইংদা কাছারগী নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রনা গভর্ণর জেনেরেলদা ইখিবা চেরোল অহুনা খুদমনি।

## মহৌশাগী ফিবম চৌং, পাৎ অমসুং তুরেল

মণিপুর অসি চৌং অমসুং তম অনিথোক্না খায়দোকই। তমগী শরুক অসিবু মণিপুর তম্পাক কৌই। চৌংগী শরুক অসিনা চৌংলোন কয়ামকুম থোক্না তম্পাকী লমদমবু কোয়শিল্লি। চৌংগী পাক-চাওবা বর্গ মাইল ৭,৯০০ নি। তম্পাক্কী শরুক্কা বর্গ মাইল ৭,২৬ লোমনি। তম্পাক অসি সমুদ্রগী ঈমায়দগী ফুট ২,৬০০ য়াংনা লৈ। তম্পাক অসি অরাংলোমদগী মথারোমদা থবা থরা ভমথখি। অহুগা চৌংশাং

পরেংগী অরাংবা অসিগু অরাংগী শরুক্তা মখারোমদগী হেল্লি। তম্পাক্কী লমদমবু কোয়শিল্লীবা চীংশাং পরেংশিং অসি মহৌশানা অরাং অমস্যুং মখাগী মাইকৈদা লৈ।

নোংপোক ভারতকী খ্বাইদগী চাওবা পাং লোক্তাক পাংকী পাক চাওবা অসি বর্গ মাইল ২৫ রোমনি। নোংজু থাদদি বর্গ মাইল ৪০ দগী হেন্না চাওই। অতোপ্পা পাংশিংদি ইকোক, খাইথৌ, নিংথিখোং, পোইরৌ, খরুংপাং, সনাপাং, লফুপাং, লৌশিপাং অমস্যুং পুমলেন পাং অসিনচিংবনি, পাংশিং অসি তম্পাক্কী মফম অয়াম্বদা শন্দোক্লা লৈ। চীং অমস্যুং তমগী অয়াম্বা শরুক্তগী চেম্বুরকপা মশা কয়ামরুমগা লোইননা ইম্ফাল তুরেলনা অরাং মাইকৈদগী মখারোমদা চেম্বুরি। থৌবাল, ইরিল, নম্বুল অমদি অতোপ্পা তুরেল কয়ামরুমস্যু তম্পাক অসিদা চেল্লি। তুরেলশিং অসি অয়াম্বা নিংথম থাগী মতম-দদি কংই অদুবু নোংজুথাগী মতমদদি তোর্ব্বান পানিং পানিং তৌনা চেল্লি। তুরেলগী ঈশিং অয়াম্বা লোক্তা তাই, অদুগা নিংথি তুরেলদা চিথখি। বরাক, জিরি, মকু, ইরং, লোকচাও চীংগী তুরেলশিংগী মরক্তা শিংথাবা য়াবা ওাক্তনি। তুরেলশিং অসিগী নাকল অনিমক্তা মনা পুংলবা উমং কয়ামরুম লৈ। তুরেলশিং অসিদা মমাংথৈগী নিংথৌশিংনা হি তোংদুনা লানদাবা চৎনরম্মী, অমদি হিগী লান ফাওবা তৌনরম্মী। অসিদা নত্তনা লল্লোল ইতিক ফাওবা চৎনরম্মী। নোংজু থাগী মতমদদি তুরেলশিং অসিনা মরম ওইদুনা চীং অমস্যুং তমগী মীওইশিংনা চৎথোক-চৎশিন তৌবদা অয়েংপা পী. অদুবু নিংথম থাগী মতমদদি চৎথোক-চৎশিনগী থুদোং চাবা অদুম্মক লৈহল্লী।

## মমাংথৈগী লৈবাক অসিগী ফিবম

মণিপুর অসি থায়নগী অরিবা মীতৈ পুয়াদা ঈশিংনা থুমহুৎতুনা লৈরম্মী হায়বগী খারী ফংই। কৌব্রুগী চীংমাই ফুট ৪০০০ রোম খাংবা

মক্মদা ফঙখিবা শারু-ঙাক * অচু ডাক্তর হোয়ানা সাইন্তিফিক চাংয়েং তৌদুনা চহি মিলিয়ন নিফু শুরবা শরুনি হায়না উংখে। মসিনা তাকপদি লৈবাক অসি চহি মিলিয়ন নিফুগী মমাংদা ঈশিংনা থুমহৎতুনা লৈরম্মী হায়বা তাকই। ইণ্ডিয়াগী ওইল অমসুং নেচরেল গ্যাস কমিসনগী হৈশিংলবা কাঙলুপ অমনা তমেংলোংগী মাইকৈদা সমুদ্রদা লৈবা লৈঙোইশিংসু ফংই হায়না পীরি। মসিনা তাকপসু মণিপুর অসি চহি-চা কয়াগী মমাংদা সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদা লৈরমই হায়বনি। ঐগী থিজিন-হুমজিনবগী খোঙচৎ অমদা, উখ্রুলগী চীংমাইদা অকোয়বা নত্রগা কোয়রপ তৌবা হুংমচাশিং অমদি চাথৎলবা লৈকুপ কয়াগা সমুদ্রদা পৈশিল্লবা মতুংদা কনশিল্লক্তুনা ওইরকপা লৈবাক লৈরোন মখল অমা উবা ফংই †। মসিনা তাকপসু সমুদ্রগী মন্নুংদা লৈরম্মী হায়বনি ১৯৭৩ ইংগী মেথাগী তাং ৪ দা শেক্তা কৈবীদা লৈপুং তৌথোকপদা ফংবা পোং-চৈশিংগী মন্নুংদা পুহাম অমসুং নোংথৈ ফংই। ফংলিবা পুহাম হায়বা অসি মমাংঙৈদা মীতৈশিং অমসুং চিংগী মীশিংনা চকশমদা শিল্লবর্ম্মী। পুহাম অসি সমুদ্রগী মন্নুংদগী ফংবা য়াই মখল অমনি, মসিনসু ঈশিংনা থুমলম্মী হায়বা তাই। উখ্রুলগী চীংমাইশিং ককপা মতমদসু মচু মান্নদবা লৈইশিংনা খোইদ্রিং খোইদ্রোং, অনেম অরাং খায়না লৈবা উবা ফংই ‡। মসিনা তাকপসু সমুদ্রগী ঈরোম্নুংদগী ফাওগৎলকপা মতমদা পাঙ্গল খেন্নবগী মতুং ইন্না অনেম অরাং নাইরিবনি।

## থায়নগী চীং-লম্বীগী ফিবম

মীতৈশিংনা তম্পাক অসিদা লৈ অতুগা চীংমীশিংনা চীংশাংশিংদা লৈ। লৈবাক অসিগী অইং-অশা অসি য়াম্না মেংই মরম অসিমক্তা

---

* কটল, এ মেরিন ফিস।

† কোঙ্গোমেলেরেট।

‡ ফোল লাইন।

মক্লা লৈবা লমশিংদগী মীওই কয়ামরুম লম অসিদা খুন্দানবা লাক্লিংই। চীংলোন কয়ানা পল ওইদুনা কোয়শিন্দুনা থম্নবস্নু, চীং লম্বী অমস্নুং তুরেলশিংনা চীংমী অমস্নুং তম্মীশিংবুদি চৎথোক-চৎশিন তৌনবা য়াহল্লম্মী। মসিমক্তনা চহি লিশিং কয়াদগী হৌনা চীংমী অমস্নুং তম্মীশিংগী মরী তৎনবা য়াদনা পুশিন্দুনা থনম্মী। খৃঃ না পোক্কদবা চহি কয়ামরুম ঋাৎলিডৈদগী হৌনা চীং লম্বীশিং অসি লল্লোন-ইত্তিক চৎপা লম শন্দোকপা অমদি খুন্দাবা চৎপা কাওবুনা শীজিল্লরম্মী। প্রোঃ ডিঃ জিঃ ইঃ হোলনা ইরাব্রাদি অমদি নিংথি তুরেল তোর্ব্বান্দা চৎখিদুনা ফাওখগা মখা থংবা বর্ম্মগা ভারতকা শম্নবা য়াবা লম্বী অমা পীরি। নিংথি তুরেলগী মখা থংবদা চৎথরগা মণিপুর ফাওনা চৎপা য়াবা লম্বী অমস্নু পীরি। লম্বী অসিদা চৎলগা উট তোংদুনা চৎপা ললোনবা কাওবুশিংনা আফগনিস্তান ফাওবদা থা অদুম চংনা চৎলগা মফম অদুদা ইউরোপকী সনাগা চীনাগী মুগাগা শিন্নৈ হায়না হার্ভেনা মহাক্কী "হিস্ত্রী ওক বার্ম্মদা" ইরি। খৃঃ ৮০০ অসি রাইদা পোকপা চন্দ্রগুপ্ত কোবা বৌদ্ধ ভিক্ষু অমা মণিপুর ফাওদুনা য়ুনান্দা থুংখি। ভারতকী বৌদ্ধ চৎপা লমকোইবা কাওলুপ খরনা মণিপুরগী চীং লম্বীদা চৎলগা চীনা য়ৌনা ধর্ম্ম শন্দোকপা চৎখি হায়বসি চুমনিংঙাই মরম কয়ামরুম লৈ। ২০শুবা চহি চা হৌগৎলকপা অদুদাইদা মণিপুরদা লৈবাক তৌথোকপদা বুদ্ধদেবগী শক্তম মুণ্ডদা হকপা ফংই। অদুমকপু মতম অসিরাইদগী আর্য্যগী চাওখৎপা অসি মণিপুর য়ৌরকখি হায়দুনা চাওথোক্না হায়বা ঙমবগী খুদম পুথোকপা ঙমদ্রি।

লৈবাক অসিগী হৈরোক চীং লম্বী আইমোন চীং লম্বী, ভারা চীংজেল লম্বী, মরিং চীংলম্বীশিং অসিগী মমুংদগী লম্বী অমদা লাক্নুনা কবো, খাগী অমস্নুং খা-মোংপোক্কী এশিয়াগী মীওইশিংনা তোংজে মরিন, ঙাপ্রুম চীংজেল, খোংজাই লম্বী অমস্নুং অথুই লম্বীশিং অসিগী মমুংদগী অমদা চৎখিদুনা ভারতবর্ষ অমস্নুং নোংচুপ হারমগী লৈবাকশিং

য়ৌনৈ। কাছার, ত্রিপুরা নোংচুপ হায়মগী মীশিংনা তোংঞ্জে মরিল, ঙাপ্রুম চীংজেন. খোংজাই লম্বী অমসুং অথুই লম্বীশিং অসিগী মন্থুংদগী অমদা লাক্তুনা হৈরোক চীং লম্বী আইমোন চীং লম্বী, ঙারা চীংজেল লম্বী অমসুং মরিং চীং লম্বী অমদা লাক্তুনা তম্পাক্কী লমদম লানথোক্লগা কবো, খা-নোংপোক্কী এশিয়াগী লৈবাকশিং তাই। লম্বীশিং অসিদা মরু ওইনা চৎলম্বা মীশিংদি চীনা ভারতবর্ষ অমসুং আফগনিস্তান লৈবাক্তগীনা অয়াম্বনি। পৃথিবীগী খ্বাইদগী লীরবা অমসুং অফাওবা চীং লম্বীশিংগী মন্থুংদা মণিপুরগী চীং লম্বীশিং অসিসু অমনি। ভারত-বর্ষদগী চীনা অমসুং খা-নোংপোক এশিয়াগী লৈবাকশিংদা চৎপা মী অয়াম্বা মণিপুরগী চীং লম্বী ফাওরগা মীতৈ তম্পাক্কী লমদম শমত্থনা চৎখিবা ঙাক্তনি। পোং নিংথৌ সুকামফাগী মনাও মুপা সামলোং-ফানা লান্দাবা চৎখি। অহানবদা নোংপোক মায়কৈ ঙমলগা নোংচুপ-লোমদা কোন্না চৎখি। মীতৈ লৈবাক্কী ঙাপ্রুম চীংজেন্দা থুংলৈ হায়না অরিবা লাইরিক্তা পল্লি। মসি মৈদিংঙু খোংতেকচানা পানবা (খৃঃ—৭৬৩—৭৭৩) মতমদনি।

## মণিপুরবু অতোপ্পা লৈবাকশিংনা খঙনরম্বা মমিংশিং—

মণিপুর অসি অঙনবা মতমদদি মমিং কয়ামরুম্না খঙনরম্মী। রিনেলগী মেমোইসসিং অমদি ভারতকী মেপ্তা লৈবাক অসিবু "মেক্লে" হায়না কৌরম্মী। পেরিস্তা ফোঙবা ১৮৭৬ কী মেপ্তা মণিপুরবু "কাথি" হায়না পীরম্মী। সিমকী নেরেটিড অমদি মতম অত্তুগী মেপ্তা মণিপুরবু "কাসে" হায়না পীরম্মী। বর্মীজশিংনা মণিপুরবু "কথে" নত্রগা কটে, কাছারীশিংনা "মোগলাই" নত্রগা "মোগলী" আসামী-শিংনা "মেকলে" অহোমশিং অমদি বাঙ্গালীশিংনা "মগলু" কৌরম্মী। নিংথি তুরেলগী নোংপোক্তা তারিবা সানশিংনা "কসে" অশুপ্পা খঙনরম্মী। মরম অত্থনা মথক্তা পীখিবা মিং ময়াম অসিনা মণিপুরবু

খঙনরম্বা অসিনদি লম অসি থংননা লৈবা লৈবাকশিংদা মমিং চৎলবা য়াম্না নিংথিনা খঙনরবা লৈবাক অমনি হায়বসি তাকই।

## মণিপুর কৌদ্রিবৈঙদা কৌনরম্বা মমিংশিং—

মণিপুর হায়বা মীং অসি খঙনদ্রিবৈগী মমাংদা মীংথোক কয়ামরুম কৌরম্মী। ঐথোয়গী রারী-শীংবুনগী অঙনবা মতমবু "হয়চিক" কৌই। মতম অসিদা লৈবাক অসিবু "তিল্লি কোকতোং লৈকোইরেন" (হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা পুং) হায়না কৌরম্বদগী রারোল "শকোক লমলেন পুয়ানা" শিংথারি। মতম অসিদা লৈবাক অসিবু "পোংবিক" কৌরম্বগী রারোলশু "শিংকক পুয়ানা" পীরি। রারী-শীংবুনগী অনিশুবা মতমবু "হয়চক" হায়না খঙনরম্মী। মতম অসিদা লৈবাক অসিবু "মীরা পোঙথোকলম" হায়না খঙনরম্বগী রারিশু "শকোক লমলেন পুয়ানা" তাকলি। মতম অসিদা লৈবাক অসিবু "থ-ংরা" কৌরম্বগী মরী মখোংশু "শিংকক পুয়া" না তাকলি। রারী-শীংবুনগী অ... মতম "শকোক লমলেন" অমসুং শিংকক পুয়ানা" "লাংবচক" হায়না শিংথারম্মী। "শকোক লমলেন "পুয়া"গী রারোল মতুং হল্লগাদ "ময়াই কোইরেন থক লমথক শরোনশুং" হায়না খঙনরমবগী খুদম ফংই। মতম অসিদা লৈবাক অসিবু "শওম্বীপোক" কৌবম্বগী রাফম অসি "শিংকক পুয়া"না শিংথারম্মী। হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা" তিল্লিকোক লৈকোয়রেল" হায়না কৌরম্মী। রারী-শীংবুনগী মরিশুবা মতমবু "কোনচক" হায়না খঙনরম্মী। "শকোক লমলেন পুয়া"না মীংথোল অনি লৈরমবগী রারোনসু তাকলি। অহানবা, "মুরাপাল্লি" অনিশুবা "পোইরৈ পুংময়োন" নি। "পোইরৈ" কৌরম্বগী রাফম অসি "খুন্নুংলোন পুয়া" নসু নৈনরম্মী। কায়নথংদা পোইরৈতোন খুম্হোকপদগী "পোইরৈ মীতৈ" কৌদ্রিবৈদা "চকপা লাংবা" কৌরম্মী মথংদা "মুরাপল্লী"

কৌরম্মী। মন্নু দা "ব্লাংডম তাম্ব্বোঙ মযুং কুইবা লেমথোঙ মফৈ পাকপা" কৌখি। লৈবাক অসিনা থংননা লৈবা বর্ম্মাবু 'ঔব্লা" হায়না খঙনরম্মী। সাগাইং মনাক্তা লৈবা অভাদগী মীতৈশিংনা ঔব্লা হায়না খঙনখিবনি। ত্রিপুরাবু "তখেল" হায়না খঙনরম্মী। "কটা খাল" হায়বা তুরেল অহুগী মনাক্তা তাবশিংবু মীতৈশিংনা তখেল হায়না খঙনখিবনি। আসামবু "তেখাও" হায়না খঙনখিবদি "দিখৌ" তুরেলগী মনাক্তা তাবশিংবু "তেখাও" হায়না খঙনখিবনি। তুরেল অসি টৌলাটুলী (হৌজিক্কী শিবসাগর) মনাক্তা চেল্লি। চীনবু "খাগী" হায়না খঙনরম্মী।

## মণিপুর কৌখিবগী মরম

লৈবাক অসিগী মমিং মণিপুর কৌখিবগী ৱাফম অসি তোঙান তোঙানবা মরু ওইবা মত অনিখক লৈ। অহানবা ৱাফম্না, মহাভারতকী মণিপুব অহুনি হায়বা অমা অমসুং মীং অসি মমাংঙৈদগী লৈৱকলবনি হায়বা। অনিশুবা ৱাফম্না মৈদিংঙু পামহৈবগী মতম (খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮) দা সান্তীদাস গোষাইনা লৈবাক অসিবু মণিপুর হায়না থোনখি। ৱাফম অসিবু "সনামহি লাইকল" দা মথাগী অশুম্না ইরি। "বৈরাগ্য লাইবু নিঙবনা লৈবাক মতিক য়েং পোইরৈ মতৌ থন্ন। পাউমেল্লকয়ে। লাইরেল মৈদিংঙু পোইরৈ লয়কোয় ফমও! ৱাঙম নঙগী মরৈবাক অসিদি লৈবাক অরায়বা পোইরৈ অচম্বা নত্তে। ঋতু ৬ মাবু মমিং শুইয়ে। বংশা নঙগী শাগৈয়েনসুং হুমিং মহুম্নুংগী মনি নোংলুম ৱাইরং চালবু ওইনা থুনগুম্বনে হায়রে। অহুসুং মদোমদে। শুরু ময়াই কোয়রেল অহোমসুং মালেম লৈরোল ফায়য়ে হায়না পাউথুম্বা অসিবু কোম্নুং অরায়বা ৱাঙম অচম্ববু নত্তে। লৈবাক মমিংথোংদি "মণিপুর" লৈমংয়োন হায়বা মিংথোনসে" অহুবু হৌজিক্তি মণিপুর হায়না অহুম্মক খঙনরে।

লৈবাক অসিগী মফম কয়ামকুমদা মমাংঙৈদগী হৌনা মীতৈ ময়েক্না মুঙদা য়ারম কয়ামকুম ইতুনা য়ুংলম্মী। মুঙদা হক-খোৎপা, নিংথৌগী খোঙ্গুল, যক্লাংদা লাই য়েকলম্বা, ফিদা লোনবা অমস্থুং শক্তম কয়ামরুমস্থু মফম কয়াদা য়ুলম্মী, অমদি ফংই। হায়রিবশিং অসি হৌজিক্কী মণিপুরগী মপানগী মফম কয়ামকুমদা শন্দোক্না য়ুংলম্মী। মুঙশিং অসিদা লান ভমখিবা মফম অমদি মীতে নিংথৌশিংগী মতিক-মথৌনাশিংবু শিংথাতুনা ইরম্মী। মসিনা মতম ভঙ্গী মণিপুরগী ওইরম্বা ফিবম লাকশিনবা ভমবতা নত্তুনা মখোয়গী মপাঙ্গল মথৌনা-তনা শন্দোকলম্বা লমথেশিংবু নি শিংহল্লি।

লাইরিক অসিগী মশাদা নৈনজরিবা "য়াঙুরোনগা মরী লৈনবা" য়ারী-শীংবুনগা মরা লৈনবা "আটকী শকওং অমস্থুং শক্তম" অমস্থুং "মীতেক মীরোগী মচাক" অসিনচিংবা অসিনা য়ুমফম ওইতুনা মণি-পুরগী চাওখৎপা অসি নোংপোক মৈরম পাংবদা লৈরিবা মফম অমদগীনি হায়বসি ওইগত্রা নিংই। হায়বিবা মফম অসিদা তারম্বা মীবু কবোনা মৈএং হায়না কৌই। অহুগা বর্ম্মদেশকী অরিবা চাও-খৎপদি অয়াং থংবা শরুক্কগীনি। মণিপুরগী নোংপোক্তা ময়াই থংবা ব্রর্ম্মদা পিউ হায়বা কাঙলুপ অতুনা লৈ। মখারোমদা তাখিবশিংনস্থু মোন হায়না থংনৈ। মৈএং, পিউ চাওখৎপনা ব্রর্ম্মদেশ পুম্নমক্কী চাওখৎপনি হায়বসি কবোশিংনস্থু য়াই। মখোয় অসিবু হৌজিক্না মোন নত্রগা তালোঙ হায়না থংনরে। মথক্কী পিউ হায়রিবা কাঙলুপ অসি মতম অমগী পোং জাতিনি।

### অরোইবদা

মণিপুরগী চীংমীশিংনা ইংশোক ১৮৯৫ দগী হৌনা খৃষ্টান ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখিবদগী, মখোয়গী ভতুইভগী চৎনবীশিং অতু নোংম নোংমগী থাদোক্লরক্লে। মসিনা কোক নৈন্নবগী মচাক মফম খঙদনা মাওথিনবগী.

মরু অমা ওইরকই। নৈনবা মচাক ফংদ্রবদি পৃথিবীদগী মুংখিবা হায়বসি লেঙদ্রবা রাফমনি। লৈবাক অমা জাতি অমা মুথৎপা পুন-শিন্নহনবা হায়বসি ফাইম আর্টকী মথৌনি। মহাকনসু খেৎনবা মুথৎনবা, মুংশিনদনবা অমদি পুনশিন্নবসু হৌজিক হোৎনরি

মীতৈশিংনা হন্নাও তন্নাম্বা পাম্বগী থৌইনশিন্না মনাৎ অমদি রারী-শীংবুনগা মরী লৈনবা থৌরমশিংবু ইকায় খুম্নবা রাৎলকপগী খুদম খুনায় অসিদা উংথোরকই, মমৈথংদা মথোন্নগী রাখলসু অশুম অশুম থৈজরকই অমদি চৎনবী পুন্নমকসু থুগাইজরক্রবা মচাক ওইরক্কুনা মাংখিবা য়ারে। থায়নগী পোৎশক্তা চাওখৎপগী খুদম ঙাকপা ঙম্বা মচাক য়াউবদুসু লৈবাক-খুনায় অসিনা থাগৎপা ঙমশিল্লক্তে।

যেপশিং অমদি রাহৌদোক ইবদা নৈনজখিবশিং—


১। টেক্নো-ইকোনোমিক সরভে ওব মণিপুর, ১৯৬১ ইং।

২। ওক্সফোর্ড এটলাস।

৩। এটলাস ওব দি নোর্থন ফ্রোন্টিয়ার ওব ইণ্ডিয়া ১৯৬০ ইং, গোর্ভনমেন্ট ওব ইণ্ডিয়া।

৪। এন্সাইক্লোপেদিয়া ওব ব্রিটেনিকা, ১৪ শুবা ফোঙবা, ভোঃ iv।

৫। ডঃ এস, কে, ভুঁয়া "এঙ্গ্লো আসামীজ রিলেসন"।

৬। আর, বি, প্রেমবর্ত্তন "ইষ্টন ফ্রোন্টিয়ার ওব ইণ্ডিয়া" ১৯৩৫ ইং।

৭। দি রিপ্রেজেন্টেসন ওব দি মণিপুর ষ্টেট টু বি লেড বিফোর দি চেম্বর ওব প্রিন্সসেস জনুয়ারী তাং ২, ১৯৪৭ ইং।

৮। ডাঃ এল চন্দ্রমণি সিংহ "মণিপুর ইতিহাস" বুটিশকা মরী লৈনবা মতম।

৯। ডাঃ এল চন্দ্রমণি সিংহ "বাউণ্ডরিজ ওব মণিপুর"

১০। ডাঃ মণিমোহন সিংহ "পোইরৈ সনা লৈবাক"

১১। রাহেংবম য়ুমজাও সিংহ "এন আরলি হিষ্টরী ওব মণিপুর"

১২। এন, খেলচন্দ্র সিংহ "অরিবা মণিপুর সাহিত্যগী ইতিহাস"

১৩। প্রোঃ নন্দলাল "মৈত্রবাক"

১৪। মুতুম ঝুলোন "বিজয় পাঁচালী" ( ইংলিস পাব্লিকেশন )

১৫। রাজকুমার ঝাহলসিং "মণিপুর ইতিহাস" ১৯৪৭ ইং

১৬। ডাঃ চন্দ্রমণি সিংহনা ওমথৈগী মরুমদা ইখিরকপা ঝারোল।

১৭। থোঙাম মধব প্রস্তুতি "চৈথারোল কুম্বাবা" মণিপুরী বিশ্বভারতি সেরিজ নং ৮৩।

১৮। ওঃ ভোগেশ্বর "সনামহি লাইকল"

১৯। ঈহৌ, অহানবা চহি, ৩০ শুবা মশিং তাং ১।৯।৭৩ ইং

২০। প্রজাতন্ত্রা, জুলাই তাং ৩০।৭।৭১ ইং "ওইল এণ্ড নেচরেল গ্যাস কমিশনগী রিপোর্ট।

২১। এল, খেলচন্দ্র সিংহ, এল, ইবোহল সিংহ 'চৈথারোল কুম্বাবা" ১৯৬৭ ইং।

২২। মিঃ রুএন থোমা-ময়োন মশাং "চৈংগী রারী"

২৩। লময়ানবা, ২শুবা চহি সেপ্টেম্বর ১৯৬৯ ইং ইম্ফাল।

২৪। লময়ানবা, ২বা মশিং, অনিশুবা চহি ১বা সেপ্টেম্বর ১৯৭০ ইং।

২৫। লময়ানবা, ২বা মশিং- অহুমশুবা চহি সেপ্টেম্বর ১৯৭১ ইং।

২৬। লময়ানবা, ৮শুবা মশিং ১বা মার্চ্চ ১৯৭০ ইং।

২৭। যোগেন সাইকিয়া "হিল ট্রাইবস ইন আসাম" দিয়ার পাষ্ট প্রেজেণ্ট এণ্ড ফিউচর, আসামীয়া সঙ্ঘ, কলিকাতা।


———




[redacted] "রিনেল মেপ" ডোমিনেল ওব মেকেংল (মণিপুর) গেকপা ১৭৮৯ ম
"মণিপুরগী চাওরাবপা ওমথৈ" রেবোর্ডশিংগী মন্তু ইন্না যেকপা।

মেপ অসিগী মনূংদা যাওরিবা খুদমশিং অসিগী অকুপ্পা মরোল "হাপচিনবা বি"দা য়েংবিয়ু।

# মণিপুর

থায়নগী চীং লম্বী

## হাপচিনবা সি

১। ঙাপ্রুম চীংজেল লম্বী।

২। তোংজৈ মরিল চীং লম্বী।

৩। অথুই চীং লম্বী।

৪। ঙারা চীংজেল লম্বী।

৫। হৈরোক চীং লম্বী।

৬। আইমোন চীং লম্বীদগী খাইখিবা মরী চীং লম্বী।

৭। আইমোন চীং লম্বী।

৮। নিজগারোট তাবা লম্বী।

# মণিপুরী আর্টকী বারী-শীংবুন

## পোৎ লীশিনবা

নিঙশিংবা ঙমত্রবা মতমদগী হৌনা হৌজিক ফাওবদা অরিবা ফিরোলশিং অসিবু মপা মপুমক্সি হায়না খঞ্জদুনা লুনা চেৎনা কনা কনাবুস্থু খঙহন উহন্দনা শগাইদা টাবুদ। লীশিনদুনা থম্নরকই।



( থায়নগী য়ু থক্লবা পাত্র )

অসিগুম্বা লীশিনদুনা থম্নবকপা পোৎশিং অসি মখল মঙা থোক্না খাযদোকপা য়াই :—

১। মনা ফি ওইবা মখলদা মপা মপুনা শীজিন্নরম্বা।

২। নিংথৌগী অঙম-অথৌ, ফম্নাইবশিংনা শীজিন্নবম্বা।

৩। উমং লাইশিংদা কৎলম্বা।

৪। মনা ফি ফংলবশিং মশা মশামক্না লীশিনদুনা থম্বা।

৫। মাইচৌ লোইশঙদা থম্বা।

লীশিনদুনা থম্নবা ফিশিং অসিবু ফুকপশিংনা য়াম্না থাজনা লীশিন্নে। উমং লাইশিংদা কৎলিবা ফিশিং অসি লাই-শেলুংবগী মযুমদা থম্নে, হরাওবা মতমদা পুথোক্কুনা শীজিন্নে। করিগুম্বা লাইপু ( লাই শেলুংবা ) অসিনা মপুন্সি লোইদুনা অমদি ফম অসি থাদোক্কুনা লৈখ্রবদি অতোপ্পা লাই-শেলুংবা অমা হাপ্পুনা মাগী মখুত্তা অমুক শিন্নবগী থবক অসি মমাংঙৈদগী হৌজিক ফাওবা চৎনরক্লি। ফিশিং অসি হাপ্পা যাবা উপু নত্রগা লুবাক অমদা চেকশিন্না হাপ্লগা শগাই মথক্তা লৈখা তাহন্দনা নিঙথিনা থম্নে।

মপা। মপুশিংনা শীজিন্নরম্বা মশক নাইবা ফিশিংবু শাগৈগী পিবানা নক্রগা মচা-মশুশিংনা নিঙথিন্না য়াম্না চেক্শিন্না থম্মে। ফিশিং অসি মশিঙ য়ামলবদি শাগৈগী মরক্তা লোতুনবা য়াওরক্তুনা হুরাল্লগা, লোম্ন-থুম্না থম্বস্তু ময়াওই অদুগা মখোয় মশেল য়ানবগী মতুং ইন্না থায়দোক্লদুনা শীশিনবস্তু ময়াওই। মতৌ অস্তুম্না মহৈ মহৈ লোৎশিল্লদুনা থম্মখিবনা পোৎশিংসি মফম খঙদনা থরদি মাঙশিবস্তু য়াওদবা নত্তে।

নিংথৌগী মনা ফি ফংলবা মীওইশিংনা মশা শিরবা ত্তুংদদি মনা ফি অসি নিংথৌনা অমস্তুং মাইচৌ লোইশঙনা হেক হেক লৌখৎনরম্মী। অসিগুম্বা লৌখৎখিদবা ফিশিং অদুদি মচা-মশু কনাগুম্বনা মনা ফি ফংলল্লিবা মীশিং অদুদগী লৌখৎকদৌরিবা মাইচৌশিংদা লোন্না মেঞ্জদুনা কনা কনাবুস্তু খঙহন-উহন্দনা লোৎশিন্দুনা থম্মে, মরমদি নিংথৌনা নাশোন খঙখিবা থোক্লগা যিশিং অদু অমুক লৌখৎখিগনি হায়না খনবদগীনি।

অসিগুম্বা ফিশিং অসিবু মীতৈশিংনা অস্তুক্কী মতিক লুংশিনা, পাম্মুনা অমদি থাজনা থম্বা মরমদগী লাইগুম্না খন্নরকপস্তু যাওদবা নত্তে। মরম অসিদগী ফি অদুগী মচুম লৌদুনা থক্লগা তিন্মন্ লাইমন্নচিংবা লায়না কয়ামুক কোকই হায়না থাজদুনা ফিশিংদুগী মচুম থক্লবা য়াওরিবনি।

অসিগুম্বা থাজনা, নুংশিনা, লাইগুম্না খঞ্জদুনা থম্নরিবা ফিশিং অসি পাক-পাক শোকপা অমদি য়েংবা য়াদে। মীরোল তাক্লিবা অঙাংশিং অমদি য়ুম্মাঙ কৈমাঙ তৌরিবা ইমুংশিংনদি শোক্লবা য়াদে অমস্তুং য়েংজগে হায়জররিবা মীশক অদুনা য়ুম্মাঙ-কৈমাঙ লৈরবদি য়েংবা য়াদে। ফিশিং অসি য়েংহনবা মতমদা য়ুমগী অহলশিংনা ফিশেঙ লেক্তুনা পুথোকনৈ। পুথোকপা অসি ভরাই অকোক্লে, থাবাল অফবা য়েংদুনা, য়াইরম তৈথোক্লবা মফমদা থম্নগা হৈরুক, পানা, থাউমৈ কৎলগা য়েংনবনা নম্মী। অসি নত্তবা উমং লাইশিং থরদদি,

কৎলবা ফিশিং অদু অকরুবা মুমিৎ হায়বদি চহী অমগী নত্রগা অনিগী মন্নুংদা লাইথোঙ হাংবা মতমদা য়েংবা য়াই। খুদম ওইনা পল্লবদা খুকখুলগী ঈচুম লাইরেম্বীদা লৈরিবা কোকয়েৎ অনি অদু য়েংবা ভারবদি মথক্কী অসুম্না চহী অমগী নত্রগা অনিগী মন্নুংদা লাইথোঙ হাংবা মতমদা য়েংবা য়ারিবসিনি।

মোইরাং থাংজিংগী লাইকোম্নুংদা লৈবা কিশিংদি চহী অমগী মন্নুংদা থা অমদি য়েংবা সুকয়া য়াহল্লি।* য়াকচিং থানিল (পুর্ণিমা) দগী কাইরেল থানিল ফাওবা য়েংবা থিংই। অতৈ লীশিনদুনা থম্বকা ফিশিংগীদি অকরবা মন্নুংদা অয়াম্বনা নোংমাইজিং অমত্তুং থাংজদা য়েংবা য়াই। অদুগা মোংমাইজিং মুমিৎ নত্তনদি য়েংবা য়াদবা ফিরোল বয়া অমত্তু থেংনৈ।

অতোপ্পা য়াফম অমনা, খুল অদুগী মন্নুংদা ফিশিং অসিগী মরক্তুগী অমা লৈরম্লবদি খুল অদুগী হরাওবা মতমদা অকরবা মতম থোইদোকপা লৈতনা য়েংবা য়াহল্লি।

---

* থা অসিগী মন্নুংদদি লাইথোঙ হাংদে মরমদি, থা অসি থাংজিংনা অয়াং লৈমা কবোকচাইবীগীদা য়াওং ইনবা মতমনি।

# ফিগী পুন্সি

ফি মচেৎ কয়ামরুম তাইশিন্নতুনা তুশিন্নগা মপূং ওইবা ফি অমা শেম্বসি মমাংঙৈদগী হৌনা চৎনরকই। ফি মচেৎ তাইশিন্নতুনা তুশিনবা অসি ফিজেৎ অমদগীনা ১৩ ফাওবা তাইশিন্নতুনা মপূং অমা শানরম্মী। করিগুম্বা মসিদগী হেনবা মশিংগী ফিজেৎশিংনসু তাইশিন্নরম্মী। ফিজেৎশিং অদুগী মমুংদা ময়েক লোনবা, ময়েক থোকপা, ময়েক অনম্বা অমসুং ময়েক য়াওদবা, অচম্বা শরুকশিং য়াওরি। মখল কয়ামরুম অসিগী ফি মচেৎশিংনা পূনশিন্নগা ফি মপূম অমা শানৈ।

ফি মচেৎশিং অদু তুশিন্নবগী মওঙ তোপ-তোপ্পা অমা লৈ। অয়াম্বা মফমদা ফি মচেৎশিং অদু মরাক ইন্না তুবা চৎনরম্মী। করিগুম্বা ময়ুংগী শরুক্তা তুশিনবা তারবদি তুরিবা মওঙ অদুগা মান্নবা ময়ুংগী শরুক্তা তুবা অতোপ্পা খরসু লৈবা তাই। মবাক ইন্না তুবগী-দমক্তি অতোপ্পা মওঙ মান্নবা খর অমুক লৈতবা য়াদবগী নিয়ম লৈতে।

ফি মখল মান্নদ্রবসু অয়াম্বা মতমদা শকক অমনা অরোনবা অদুগা অতোপ্পা শরুক অমনা ময়েক থোকপা ফি ওইনা তুশিন্নগা মপূং ফাবা ফি অমা ওইহল্লি। অরোনবগী শরুক ওাক্তা অমসুং ময়েক থোক্তুনা তুশিন্নতুনা শীজিন্নবা অসিনা ফি মপূং অদুগী মপুন্সি হেনগৎহল্লি অমসুং ফি মপূং অদুবু মতম কুইনা লীশিন্দুনা থম্বা য়াহল্লি।

ফিজেৎ তুশিনদুনা মপূং ওইবা ফি অমা শেন্নবা মতুংদা ফি মপূং অদুগী শরুক্তা শেগাই-তুকাইবগী শরুক অমুক য়াওরকলবদি, য়াওরকল্লিবা শরুক অদুবু লৌথোক্তুনা অনৌবা শরুক অমা অমুক হান্নগা মান্ননা নল্লগা অতোপ্পা অমা ওইনা হাপচিল্লি। অমুক্না য়ারক্তুবদা শিন-দোক-শিনজিন তৌবা অসিনা ফি অদুগী মশাগী মপুন্সিদগী শরুক

কঁযামক্ন্ম হেনগৎহল্লি। মীতৈশিংনা ফিজেৎ তাইশিন্নবুনা শীজিন্নবগুম্বা তিব্বতনচিংবা লমদম্ভ ফি মচেৎ তাইরগা শিজিন্নবা চৎনরম্মী[১]।

শেগাইরল্লবা শকক অমুক শিন্নজিন্নবা মতমদা মীয়ানদগী (অতোপ্পা লম অতৈদগী) পোৎ ওইনা পুশিল্লকপা ফি ঙাক্কনা লোইনা শিনখিবা তাববদি ফি অদুগী মমিং মাংলকপা য়াবা মরম্না ফি অদুগী মমাংঙৈগী ওইবা শকক খবদি মপুন্সি শাংনা অদুম্মক মরৈহল্লি। ফি মচেৎ তূশিন্দুনা শীজিন্নরম্বা অসি থায়নগী ইপা ইপুশিংনা অমদি মাইচৌশিংনা থাজনবা অমা লৈবকই।[১] থাজনবা অসিগী মতুংইন্না লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা, খুনচাও-লৈচাওনবা, চাবহোঙ-ঙাহোঙনবগীদমক তাইদুনা শীজিন্নবা অসি চৎনরকই। অমবোমদা হায়রগম্ভ মহাক মহাক্না পামজবা মখল মথেল কয়াগী মওং অদু অপূনবা ফি অমদা মপুং ফাহননীংবদগী মচেৎ-মচেৎ তূশিনদুনা শীজিন্নরম্বস্থ ওইগনি। অম্ভম্না চৎনবম্বা অমদি ওইরম্বনা ফিশিং অসিগী শেগাইরবা শকক অদুবু শিনদোক্কুনা শকক অমা শীজিন্নবা য়াবগী মবম লৈরম্বা অসিনা ফিশিংবু লীশিনবগী পাঙ্গল মতম শাংনা লৈহল্লমলিবনি।

লীশিনদুনা থমলিবা ফিশিং অদুনা যাবক্তবা মতম ফাওবদা ফিশিং অদুদা য়াওবয়িবা হান্নগী মথেক থোকপা অমদি অরোনবা ফিশিং অদু খুদোল অনি পাক্না বকথৎতুনা কোয়েৎনচিংবদা অমুক হাপচিন্দুনা শীজিন্ন *

মীরোল (মী অমগী হিংবা য়াবগী পুন্সি) অম্ভক শুরে খঙননবা অমদি মহাক মহাক্না শীজিন্নরিঙৈ মনুংদা ফি মচেৎ হাপচিন্দুনা তোপশিনবা অসিমম্ভ চৎনরকই। অম্ভম্না তোপশিনবা মরম্না ফি অদু

---

১ সেক্রেট তিব্বত।

১ এ কলচরেল হিস্টরী ওফ তিব্বত।

*১৯৬৮ ইং "মোরেগী কোন্দোং লাইরেম্বী" "কাথাগী পাম্মোইবী" হরাওবদা থেংনজবা।

মীয়োল অসুক শুরে হায়বা ৱাকমসি খঙবা ঙম্মৱম্মী। অদুগুম্বা মীশক-মীওই অদুতনা শীজিন্নগনি হায়দুনা লৈবা ফি খরদি অহানবদা শীজিন্নৱিবা মীশক অদুনা লৈখিদ্রবা মতুংদা অতোপ্পা মীওই অমনা অমুক হেক্তা শীজিন্নবা তৌনদে। তৌনদবা মরম্মা ফিশিং অদু লীশিনদুনা থমনৈ, থম্মৱিবগী মৱমদি, ফি অদু শীজিন্নবা য়াবা মী লৈৱৱবা মতমদতা শীজিন্নবগীদমক লীশিনদুনা থম্মৱীবনি। খুদম অমতং লৌখৎলবদা, নিংথৌগী মচা নুপী অহল তম্ফাসাতনা পুমথিৎ ( অপুন মযেক ) ফনেক শেৎকনি হায়না চৎনৱকই। তম্ফাস্নানা লৈখিদ্রবদি থংনবা নিঙোলনা শীজিন্নবা য়াদে *। মসিনা ফি অসিগী মশীং হেনগৎহন্নবগী শরুক্তি ওইহনদে। অদুম ওইদুনসু ফিশিং অদুগী পুন্সিদি শীজিন্নৱমলিবা মীশক অদুনা লৈত্রবা মতু দসু মুথৎনখিদে। মৱম অসি-দগীসু ফিশিংগী পুন্সি শাংনা লৈহল্লম্মী।

ফিশিংনা মথং-মথং শিনদোক-শিনজিন তৌদুনা থমলকপা চাংদগী মতম কুইশিল্লক্তুনা শিনদোকপগী শরুক লৈৱক্তবা মতমদদি, ফি অদুগা চাউবা মান্নবা অমা মখাদা থাদুনা ফি-মশা পুম্বা মপাঙ্গল, মপুন্সি লৈহন্নবা ফোৎশিল্লি। মতৌ অসুম তৌবনা ফিশা অদুগী মপুন্সি শাংনা লৈহনবা ঙমই॥

---

* চুড়াচান্দ মহারাজগী মচানুপী অহল তম্ফাস্নাগীদমক পুমথিৎ ফনেক শাখি, অদুবু মহাক্না ~~কমা লাই থোক্তুনা~~ লৈখিদবদগী ফনেক অদু কনামগুনা শেৎপা য়াদদুনা থম্মমই।

# মচুনা ফোঙদোকপা

মচু হায়বসি আর্টকী মনুংদা য়াম্না মরুওইবা মচাক অমনি, মরমদি, মচুনা পূক্নিং ঈত্থলগী অশেংবা শক্তম এথোয়দা ফাওহল্লি। গুঃ না পোকত্রিতৈঙগী আ-মমাংদগী হৌনা ১৯ শুবা চহি-চা ফাওবা মীতৈ ফুরুপকী মীওইশিংনা মথাগী অস্তুম্না মচুশিংবু শীজিন্নবগী থুদম ফংই।

অঙাংবা মচু শীজিন্নবা মতমদা মচু অসিগা থংননা নাপু মচু শীজিন্নৈ। অস্তুম্না শীজিন্নবা অসি ১০০ গী মনুং ৭৫% য়োম ওইগনি। নাপু মচুগা অঙাংবা মচুগা থংনরমদ্রবদি নাপু মচু অদু অশংবা মচুগা থংননা শীজিন্নৈ। মসিনা ১০০ গী মনুংদা ২% ওইগনি। অঙাংবা মচুগা নাপু মচুগা থংননা শীজিন্নবা অসি থায়নগী মীওইশিংনস্তু মখোয়গী আর্টশিংদা শীজিন্নবা উবা ফংই। শীজিন্নরিবা মচুশিং অসি প্রাইমারি মচু (অঙাংবা, নাপু অমস্তুং হিগোক) ঙাক্তনি। অরোনবা নত্রগা অশাবা ফি অমনা লৈতেং শেম্বা মতমদা ফি অদুগী ফিশা অদু নাপু মচুনা শীজিন্নবা অসি মমাংতৈঙদগী শীজিন্নরকপগী খুদম ফুরুপ অসিদা উবা ফংই। অস্তুম্না শীজিন্নবা মওঙ অসি চাইনীজশিংদস্তু উবা ফংই।

অঙাংবা মচুনা য়াইফবগী মশকনি হায়না লৌনৈ। মদুদি অঙাংবা মচু অসি নুপীগী ফনেক ফিবান্দা অমস্তুং আর্টকী শক্তম অয়াম্বদা অঙাংবা মচুনা মপুং ওইনা শীজিন্নরি। মথৌনা লৈবা, লৈবাক মচা তাবশিংদা নিংথৌনা পীবা মনা ফিশিংদা অঙাংবনা আর্টকী শক্তমশিং অদু মপুং ওইনা উৎথোকই। মচু অসিনা জাতি অসিগী মপাঙ্গল মথৌনা লৈবগী মতৌবু খঙহনবনি। মখোয়না হীরম খুদিংমক্কী লৈতেংশিংগী মরু ওইবা শরুক্তা মচু অসিনা মপুং ওইনা শীজিন্নৈ,

মসিনা য়েক্লববু ঙম্বা কাঙবুনি হায়বগী নাপনবু ফোঙদোকপনি। মরমদি, মীওইবগী পুন্সিদি ঈনি, ঈমকনা পুন্সিনি[১] থৌনাসু ঈনি, অঙাংবা মচুবু ঈ-মক্কী মতৌ লৌবনি। জাতি অসিদা অসিগুম্বা অঙাংবা মচু অসিবু তোয়না উইন্দুনা, মখোয়গী থৌনা পীবা অমদি, অতৈ জাতিদা মখোয় অসি য়েক্লববু নোইহন্তুনা মরৈবাক মণিপুরবু ঙাকচরিবা জাতিনি হায়না তাকপনি। অদুনা অঙাংবা মচুবুসু ঈকাই খুম্নজরিবনি।

হিন্দুগী দেব-দেবীনচিংবগী মরাইবক্তা অঙাংবা সিন্দূর নম্বা অসিনা মঙ্গলগী মশকনি হায়না লৌই। হিন্দুগী হিংচাবনচিংবসু অঙাংবগী ফিজেৎ শেৎহল্লিবা অসিনি[২] মচু অসিনা ঈ শাগৎহনবা কাঙবুনি হায়বা তাকই[৩]। তৌবমকসু মণিপুরদা মতম অয়াম্বদা ফুরুপ কয়া কয়া, অমগা অমগা লান তৌনদুনতা লৈরম্বগী খুদম, অরিবা লাইবিকশিংদা ফংই। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম ১৭ শুবা চহি-চা হোগৎলকপদা পাঙলশিংগা লান থেংনদুনা মায়থীবা পীখি[৪]। খৃঃ ১৮২৯ দা খাসিয়া জৈয়ন্তিয়া লান ঙমখি[৫]। ঔরানা খৃঃ ১৮১৯ মণিপুরদা লান্দারক্তুনা চহি তরেৎ খুন্তাকখি। ঔরাগী মখা পোন্দনা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহ নিংথৌনা ~~খৃঃ ১৮২১ দা~~ ঔরাশিংবু তান্থোকতুনা মরৈবাকপু অমুক হনজিনখি[৬]।

---

১ "লারোস ইন্সাইক্লোপেদিয়া ওফ প্রীহিস্টরিক এণ্ড এনসিএণ্ট আর্ট" লণ্ডন, ইংশোক ১৯৬২, লামায় ২৯

২ "কল্যান", এপ্রিল ১৯৬৭ ইং ৪১ শুবা চহি।

৩ হরবেট রিট, "ইজুকেসন থ্রু আর্ট", লণ্ডন ১৯৪৫ ইং, লামায় ২১

৪ এন, খেলচন্দ্র সিংহ "অরিবা মণিপুর সাহিত্যগী ইতিহাস" লামায় ২১৫

৫ মথক্কী য়াওফম অসিদগী, লামায় ১৯১

৬ মথক্কী য়াওফম অসিদগী, লামায় ১৮৭

অঙাংবগা তাইন-থংননা শীজিন্নরিবা নাপু মচু অসিনা অঙৈংবা, হোৎননিংবা কাঙবুনি হায়বা ফোঙদোকই। মচুশিং শীজিন্নবা মতমদা অঙাংবগা থংননা শীজিন্নবদা হুনদোকলমদবা অসিনা, জাতি অসিবু লমচ-শাজৎ অমসুং ধর্ম্ম চেনবনচিংবগী মতৌবু ফোঙদোকই। মসিনা জাতি অসি হন্নাও তয়াম্বা পাম্বা কাঙবুনি হায়বদু উৎলি [৭]।

ফনেক্কী ফিবুংশিং অসিগী মচুশিংনা মতম মতম অদুগী, মখোয়গী লৈবাক-খুনায়দা লৈরিবা মীশিংগী মতুং ইন্না মচুগী পাকপগী চাংসু ওন্থোরকই। হৌজিক্কুগী চহি-চা কয়াগী মমাংদদি ফিবুংগী মচুগী পাকলিবা শরুকশিংসি য়াম্না পাকলম্বগী খুদম ফংই অদুবু হৌজিক্তি চহি খুদিংগী অশুম অশুম পীকশিল্লক্লি।

মতম মতমদা লৈবাক-খুনায়গী শক্তম ওল্লকপগী মতুং ইন্না মীৎয়েংদা অইং-অশাগী চাং মতুং ইন্না অফৈবা লৈই পাকথোকই নত্রগা পীকশিল্লি। অফৈবা লৈইনা অদুক্কী মতিক পাকলিবমখৈ মীৎয়েংদা অশাবগী চাং হেনগৎলি। য়াম্না ঈংবা মফমশিংদদি অঙৈংবগী চাং




খুৎয়েক ১

ফিবুংদা অফৈবা লৈইনা পাকপা হন্থরকপগী ময়ম উৎপা

---

৭ হরবেট রিড, ইজুকেসন থ্রু আর্ট, লণ্ডন ১৯৪৫ ইং।

অঙ্গু মীৎয়েংদা কোকহন্নবগীদমক অপাকপা অফৈবা লৈই শীজিন্নৈ অমসুং মতৌ অসুম্না অয়েংবশিংগী মীৎয়েংদা অঙৈংবা অমদি অশাবগী চাং মান্ননা উইহল্লি।

অশাবগী চাং ওন্নবগী মশীং থীবা হৌবসি মীতৈ নুপীশিংনা নাপু মচুদগী হৌনা মশীং থী, অঙাংবা, অমুবনচিংবা অতোপ্পা মচুশিংদগী হৌনদে। থীরিবা মচু অসিগী মতুং ইন্না মচু খুদিংমক মঙোন্দগী চাউবা, পীকপা ওনগনি। কবুইগী ফাইসোই, (ফনেক) কোমগী সাইপিখুক, কোমরেমগী পোনসেন্নচিংবদসু ফিবুং অসি শীজিন্নৈ। অরুনাচল প্রদেশকী চীংমীশিংসু, ত্রিপুরাগী রিয়াং চাংমীসু ফনেক্তা ফিবুং অসি শীজিন্নৈ। চোথেগী তুংকাপ নিক্, সানদালিক্, ঈকুক্ পুনবিল্ অসিনচিংবদসু ফিবুং অসিনা মপুং ওইহল্লি।

অঙাংবা মচুগা নাপু মচুগা থংননা শীজিন্নরমদ্রবা, নাপু মচুগা অশংবা মচুগা থংননা শীজিন্নবগী মরমদি, নাপু মচুনা নুঙাইথোকপা পান্বা, লমচৎ-শাজৎ অমসুং ধর্ম্ম চেনবা, হোংননীবা মতৌবু ফোঙদোকই। অশংবা মচুনা নুংঙাইথোকপা, হিংহনবা মচুগী মতেং পাংশিন্দনা মখোয়গী লৈবাক-খুনাম্নগী পুন্সিদা অনৌবা য়াইকায়রোল পী হায়বদি মসিনা ৱাখলবু নুংঙাইহল্লি। অশংবা মচুবু তোয়না মীতৈ ফুরুপ অসিনা শীজিন্নদবগী মরমদি অশংবা মচু অসিনা হেক লৈরিবা মালংপান অসি কুপতুনা লৈরিবনি। পাঙ্গী অচৌবা, মচানা লৌবুক, চীংমায়নচিংবা পুম্নমক পুংশং শংলিবনি, মসিনা পুক্লিংদা অঙৈংবা পী। মসিনা মীৎকী চান্নরবা মকপনি। ঐখোয়না অশংবা মচু অমুক শীজিন্নদ্রবসু মহৌশা লাইরেম্বীনা পীরে হায়বা খনবননি।

অশি-অনা, লাই-তিনগী থৌরম থোকপদা অঙৌবা ফিজোল ঙাক্তা লৈতেং ওইহনদুনা লৈবাক-খুনায় অসিগী নুপা অমসুং নুপীশিংনা থৌদাং য়াই। অমাইবা অমাইবীশিংনসু অঙৌবা ফিজোল অসি শীজিন্নৈ। অঙৌবা মচু অসি মচু তরেংনা তিনশিল্লগা থোকপা মচুনি [৮]।

৮ কল্যান, এপ্রিল ১৯৬৭ ইং ৪১শুবা চহি।

মুমিৎকী অঙৌবা মঙাল অসিনা খাইদোল্লগা মচু পুন্নমক থোকপা ঙম্মী। মরম অসিনা অশেংবা, অরুবা, অঙ্গংবগী খুদমনি। মচু অসিনস্থ ৱাখল চাওখৎহনবা অমস্থং অশেংবা লমচৎ অসিনচিংববু তাকই। য়েক তরেৎপুনা খঙনবা মচু তরেৎ লৈ। মচুদি :-

| য়েক | মচু |
|---|---|
| ১। *নিংথৌজা | অঙাংবা |
| ২। লুৱাং | হিগোক |
| ৩। খুমন | অমুবা |
| ৪। অঙোম | অঙৌবা |
| ৫। মোইৱাং | নাপুনা লাংবা |
| ৬। ঙানবা | শংনা লাংবা |
| ৭। শৱাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) | অৱাউবনে, অশংবনে[১] |

মচুশিং অসিগী ফি শেৎলগা অদুগুম্বা য়েক শল্লাইনি হায়না লৈবাক-খুনায় অসিনা খঙনরম্মী। অপোকপা খুরুম্বা অমদি য়েক-শল্লাই অদুগী থবক থৌৱম তৌবা খুদিংমক্তা শীজিন্নগদৌরিবা পোৎ অয়াম্বা য়েক শল্লাই অদুগী মচুশিংগা চান্ননা শীজিন্নৈ।

---

*নিংথৌজা য়েক অসিবু কনাগুম্বশিংনা মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদগী হৌনা মঙাং য়েক-শল্লাইবু খঙনখিবনি হায়না ফোঙদোকনৈ। নিংথৌজা হায়বসি পামহৈবগী মতমদগী থোকজিনখিবা নত্তে, অঙনবা মতমদগী হৌনা অদুমক লৈজরবনি, লোয়নননা মঙাং হায়বস্থ হান্নদগী লৈরবনি।

১। নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা (ফলাই স্কেটচ ওফ নাউথিংখোং, লামায় ৬) ২। নিংথৌরোল লম্বুবা লাঃ ৫১-৫২

৯ থোঙাম মাধব পণ্ডিত, এন খেলচন্দ্র সিংহ "খুনুং লিচৎ শাস্ত্র" লামায় ১২, ১৭, ১০, ৭, ১০, ১৮।

# মীতৈ আর্টিষ্টকী লমচৎ

লমচৎ তোঙান তোঙান্না খেৎনবা লৈবা খুদম্না মীতৈ আর্ট অসিগী চাওখৎপদা খুমাঙ চাওশিনবনি। আর্ট অমা পুথোরকপদা, লৈবাক-খুনায় অসিনা থাজবা থৌরম কয়ামরুম লৈবনা থায়নদগী তৌরকলিবা আর্ট অদুমক কায়দনা হৌজিক্কী মতমদা য়েংবা ফংই। থাজনা, লুনা থমবা অসিমক্তা পোৎশক অদুবু মতম কুইনা অমস্তুং মওঙ কায়দনা লৈহন্নবগী মরম অমা ওইহল্লি।

লৈবাক-খুনায় অমনা থাজনরিবা পোৎশকশিং অদুনা হোংলবদি মখোয়না থাজনরিবা অদুবু চাং হন্থহল্লি। খুদম অমত্তং লৌখৎলবদা, খোইজাও লোনবী ফনেক শেৎলগা অঙাং খোমগকলাই চুবা ফৈ হায়না চৎনরকই। থাজনরিবা অদুনা মাঙখিবা মতমদা মখোয়না তৌরমলিবা আর্টশিং অদু অশুম অশুম মাঙথরকখি অমস্তুং মমৈথংদা আর্টশিং অদুমক শীজিন্নবা লেপখি। মীতৈশিংগী য়াম্নমক লিরবা আর্টশিংগী শক্তম অদুদি খৃঃ ১৯১৩ গী মতুং অসিরাইদগী অশুম অশুম মরায় চায়থবা হৌগ্রবনি। অস্তুন্না মরায়-চায়থগ্রবা আর্টশিং অদুবু মীতৈ আর্টিশিংনা অনৌবা মফম অমদা অমুক চাউরাক্না খৃষ্টাব্দ ১৯২৭ তগী শীজিন্নবা হৌখি। মতৌ অস্তুন্না নৌনা শীজিন্নরকপা আর্টশিং অসি হান্নদগী তোপ-তোপ্পনি হায়বা মশক অমা তাক্লবা মখোয়না কন্না হোৎনরম্মী।

থায়নগী আর্টশিং অসিদগী মথং মথং ওইরকপা অনৌবা আর্টনি হায়বা অসি আর্টিষ্টশিংনা খঙনৈ অমস্তুং অনৌবা অদুগী মমাঙদগী ওইখিবা অরিবা আর্টশিং অদুবুস্তু নীংশিংনৈ। মসিগী লমজিংদি, মরায়-চায়থগ্রবা আর্টশিং অদুদগী অনৌবা মফম অমুক শীজিন্নবা হৌবনা ওইহল্লি।

অন্দ্রোগী আর্টশিং নৈনবদা, অহল-লমনশিং অমসুং আর্টিষ্টশিংনা আর্টকী হৌরকপগী ৱারী-শীংবুনশিংগী অরোইবা তাক্কক্লা নুমিৎ থাদা হেক হেক পুশিল্লকই। নুমিৎ-থা পুশিল্লকই হায়দুনসু মখা তারকপা নহারোলশিংনা আর্টশিংগী ৱারী শীংবুন অসিবু লৌশিনদে। মসিদগী আর্টশিংগী ৱারী-শীংবুনশিং অদু অসুম অসুম মুথরক্কনা মখোয়গী লৈবাক খুনায়দা চয়েৎনবা অমা থোরকই। মরু ওইনা মসিগী হৌরকফমদি লাইনিং লম্বী খেন্নবা অমা মখোয় মশেলগী মরক্তা লৈবননি *।

লাইগুম্না মতিক ময়ায় লৈনা থাজনরম্বা অদু অসুম অসুম মাঙথরক্লবা মতমদা অহল ওইববা আর্টিষ্টশিংগা নাহা ওইরিবা আর্টিট-শিংগা ৱাখল অমসুং লমচৎ মান্নদবসি তোয়না থোকহল্লি। মসিগী হৌরকফমদি নাহা ওইরিবা আর্টিষ্টশিং অদুনা থায়নদগী চৎনরক্কুনা লাক্লবা অদুদগী শেমদোক্লগা অতোপ্পা মফম অমদা অমুক শীজিন্নবা অসি পাম্মী। অহল ওইরবা আর্টিস্টশিং অদুনদি হোংদোক-হোংজিন তৌবা শুকপাম পামদে। মদু হোংদোকলুরবদি মহাক্কী লৈবাক-খুনাযদা লাইগুম্বনি হায়না থজবা পোৎশকশিং অদুবু শীজনবনি হায়না মখোয়না লৌই। অসিগুম্বা নাহারোল অহল্লোন অনিগী থৌরীচিংনবী অসিনা লৈবাক-খুনায়গী ওইবা অনৌবা মওং (ডিজাইন) গী পোৎশক্তি থোরকপা ঙমত্রবসু, থাযনগী মপানাৎ-মপুনাৎকী চৎনবীগী মথক্তা অতোপ্পা মওংগী পোৎশকশিংনা লান্দারকপদি অমুক ঙল্লক্তি।

নুপীশিংগী ফিজেত্তা শীজিন্নবা ময়েক থরদি মখোয়তনা লৌদুনা লাক্লি, মখোয়তগী ওইগনি হায়বা লৈত্রবসু মীতৈ আর্টিষ্টশিংনা মখোয়দগী থক মতুবু মুনবা তৌনদে। মরমদি নুপা-নুপী অনিগী মরক্তা লৈবা

* থায়নদগী চৎনরল্লিবা লাইনিং লম্বী চৎপা থরা, বৈষ্ণবিজম চৎপা থরা অমসুং খৃষ্ট্যানগী ইথিল চঙবা থরা।

চৎনবীবু ফুকপ অসিগী আর্টিস্টশিংনা নীংশিংদুনা নুপীশিংতগী ওইনা খন্দোক্লুনা থমই। মখোয়গী লিচৎবী চৎনবীবু য়েংদুনা মশা মথন্তগী শীজিন্নবা ঙম্বা লম্বী অদুবু থাদোক্লুনা আর্টিস্টশিংনা নুপীশিংতগী ওইহনবনি। নুপীশিংতগী ওইনা শীজিন্নবিবা অদুবু নুপাশিংনা শোক-লুদবগী মরমদি, লৈবাক খুনায় অসিনা মখোয়গী কাঙলুপ্পু ইকায় খুম্নবা উৎপনি। নুপাশিংনা শা লান চৎখ্রবদা ফমনাইবা নুপীশিংনা কোম্মু দা কাদুনা লৈমগা পুন্না লৈমিন্নে। মখোয়না লানগী চাকথাক হুনি। নুপাশিংগী শেংনা ইন্নবা ফি ফাওবস্তু পী। নুপাশি পী মথোনা ফাওবদস্তু য়েংদুনা নুপীশিংনা মনা ফি ফাওবা পী। মনা ফি পীবা মতমদা নিংথৌ ফাওবদস্তু পীথোকই। মখোয়না মনা ফি পীথোকপদা যিরালদদি খাক-লমই। অসুম্না তৌবা অসিনা লৈবাক খুনায়না নুপীশিংবু ইকায় খুম্নবা থম্বনি। অসুম্না চৎনবা অসি মৈদিংঙু পামহৈবগী মতম (খৃঃ১৭০৯ ১৭৪৮) দগী তোবখি[১]।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম (খৃঃ ১৫৯৭ ১৬৫২) দা নুপীগী মনা "ৱান ফক ফুবিৎ" অদু লিশা ময়েক্কা কোন্ননা নুপীশি তগীনি হায়দুনা শীজিন্ন-বিবা অকোয়বা ময়েক শীজিন্নবমই। ভদ্রী অয়েকপা লাইশিং (খৃঃ ১৮৬১-১৯২৭) অসিগী খুৎয়েকশিংসি মহাক্কী লৈবাক খুনায়দা চঙবা



খুৎয়েক ২, নুপীশিংতনা লৌবা আর্ট

১ মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবদগী ফংবা।



খুংম্নেক ৩

**মুপীশিংতনা লোবা আর্ট, "মুপীগী মনা ৱানক্ক ফুরিং" তগী লোখোকপা।**

মরুওইবা থৌদাংস্তু পংঙা য়াদে হায়বা য়াই। চপ চাবা ( মপুং ফাবা ) পোঃথোক্কী মশীংস্তু য়ামহনদে, অয়াম্বদি মপা মপুনা চৎলম্বা লাইনিং লিচৎ অদু থাদোকখ্রগা হিন্দু ধর্ম্মদা অয়োবী চঙশিনবা ঈহৈনা মরম ওইডুনা আর্টিষ্ট অসিনা, হিন্দুগী লিচৎকী লাইনিং লিচৎকা মরী লৈনবা লাইশিং য়েকপা অমস্তং হিন্দু ধর্ম্মগী অচৌবা থৌরম পাঙথোকপদা চঙবা লাইগী শক্তম শাবদা চপ চানা থৌদাং য়াই হায়বসি পন্নীংই তডুন্নদি ওইরবদা আর্টিষ্টসিনা মীতৈগী খম্বা থোইবীগী ৱারী শাংবুনগা মরী লৈনবা আর্টশিং য়েক্লমদবস্তু নত্তে।

Kunjo Ibi ... Tombi Kanta Monggi ...

# আর্টিষ্টশিংগী থৌরম

আর্ট হায়বসি মহৌশানা মনুং হুনজিন্না নৈনরগা খণ্ডনবা মহৈ অমনি। আর্টশিংগী তোঙান-তোঙানবা মনুংগী ঈচেল কয়া মপান-থোংগী মীৎয়েংদা লোৎশিন্দুনা থম্বগুম ঁতৌই। থৌদোক থৌরম কয়াগী মতুং ইন্নগ্র খুদম কয়ামরুম্না আর্টশিং অসিবু খুমজিন্দুনা থম্নবস্থ ময়াওই।

মরুওইবা আর্টকী শক্তম খরা:—

(১) থায়নদগী লৈবাক-খুনায় অসিনা য়ানরক্লব আর্ট।

(২) পুয়াগী আর্ট অমদি পাফল আর্ট।

(৩) হকপা-খোৎপদা হাপ্পা আর্ট।

(৪) য়াওনগী মতুং ইন্না লাকপা আর্ট।

আর্ট খরদি আর্টিষ্টশিংনা হৈনিঙবা মওঙদা মতোমতগী ওইবা আর্টতা মনী° তম্না পুথোকপা ঙমই। লৈবাক-খুনায়গী মনাৎকা মরী লৈনবা আর্ট খরদি মখোয়না করিগুম্বা মওঙ অমদা লাই ওইখ্রবা মপা মপুগী মিংদা পুথোকই। অদুগা মহৌশা খুৎশেমগী মতুং ইন্না লেঙলি-পাল্লিবা অমদি মথন্নাই পানবশিংগা মরী লৈনবা আর্টশিংস্থ মখোয়না হরাও-তয়াম্না পুথোক্লবদি নত্তে।

আর্ট খরদি আর্টিষ্টশিংনা মপুং ফানা পাঙথোকপদা কিজবা পোকচৈ, মদু মপুং ফারবদি মশাদা অমদি আর্ট অদুগী মপু ওইগ-দৌরিবা মীদা ফঙবা থোকই। খুদম—খমু চপ্পগী (খামেন চপ্পা, খুৎয়েক ৪) ময়েকশিংগী আর্ট খরদি পাঙথোকপদা আর্টিষ্টশিংনা তুজুংবা, অন্নাবা, অকিবা অসিনচিংবা পোকই। আর্টিষ্টশিংনা খঞ্জে, মখোয়না পাঙথোকলুরিবদু মপুং ফাগ্রবরা হায়না। মপুং ফারবদি মখোয়গী



খুৎযেক ৪ খামেন চপ্পা



খুংয়েক ৫ ঘেনগাই

মনাৎকী মতুং ইন্না মখোয়দা অচৌবা মরাল অমা লৈরে হায়বসিগী চিংনজৈ। থৌদোক অসিবু আর্টিষ্টশিং মশানা কোকহঙ্গবা ঙমদে। মরমদি, আর্টিষ্টকী পোথোক অসিবু শীজিন্নরিবা মীশক অদুনা খল্লি, মখোয়গী হৌরকফমগী ওইবা মপা মপুগী মযেক (পাখংবগী ময়েক অসিনচিংবা) শুনা শীজিন্নববদি, শীজিন্নরবা মী অদু পুন্সি মুংশাংনা পানগন্দে অমস্তুং মশাদা লাইথুং তীনথুং পকই হায়না থাজনরকই। * খামেন চপ্পগী নৈনবা মতাং "মীতেক মীরো" দা য়েংবীযু। অস্তুন্না মথং মথং আর্টকী শক্তমবু মাঙহল্লকপনা থায়নগী আর্টকী মপুং ফাবা শরুক অদু মকম খঙদনা মাঙহনখি অমদি মতম কয়া হৌখ্রবা তুংদা অনৌবা মওঙগী শক্তম খরস্তু আর্টিষ্টশিংনা মখোয়তগী ৱাখলনা হাপচিল্লকখি।

আর্টিষ্টশিংনা অনৌবা হাপচিল্লকপগী মওঙদি, থায়নগী মতমদগী হৌনা ময়েক অমস্তুং মচুগী মতুং ইন্না, য়েক-শল্লাইগী খুদম খঙনরম্মী। ময়েক অমস্তুং মচুগী ফিশিং অসি শল্লাই-শল্লাইদা য়েংদুনা নিংথৌশিংনা মনা ফি ওইনা পীরম্মী। তৌইগুম্বস্তুং ২০ শুবা চহি-চা হৌগৎলকপগী

* খামেন চপ্পগী ময়েক অসি টি, সি, হডসন্না মহাক্কী "দি মৈথৈস" দা অস্তুন্না ইরি:— "the Kameng chatpa dhoti is a white silk dhoti with puyode patterns of scrolls stamped on it by means of wooden blocks, which are said to have been introduced by the Chinese merchants who visited the state in the reign of Khagemba, Era 1630 page—15.

খামেন চপ্পগী মযেক অসিদা য়াওবিবা খোইগুম্না কোনশিনবা মওঙশিং অসি মীতৈগী থায়নগী অরিবা যিরোলনচিংবদা য়াওবা থেংনৈ। থেংনরিবা অসিনা টি, সি, হডসন্না পীরিবা মত অসি অরানবা ওইগনি। ময়েক অসি মীতৈগী অরিবা পুয়াশিংদা মৈদিংঙু খুৎযোইতোমপোক্কী (খৃঃ মতুং ১৫৪-২৬৪) মতমদগী পুথোকপা হৌরে।

খমু চপ্পা—খমূ—পাম্বী মচা মখল অমা, মসিগী মহি শাজিন্নরব', চপ্পা—উদা ময়েক হৎলগা ফিবু চপশিনবা', চপশিবা অসিদা মথক্কী খমু মহি হৈজিনবা।

অহুৱাইদা মনা ফি পীবগী থবক মরায় চাইথরকখিবগা লোয়ননা মশা মশাগী ময়েক অমসুং মচুগী ফি-শিং ফুরুপ অসিগী মনাৎকী থবক তৌবা মীওইশিংনা মশা মথন্তনা পুথোকচবা অমসুং শীজিন্নবা য়ারকখি। অকোনবগী থৌশিল অসিগী মখাদা খুদোংচাবা ফংলদুনা আর্টিষ্টশিংনা অনৌবা হৌজিক্কী শক্তমশিংসি হাপচিল্লকখিবনি।

থায়নদগী লৈবাক-খুনায় অসিনা য়ানরবা আর্টশিংবু পুন্সি মুঙশাংনা পানগে, চাকহোং-ঙাহোংগে, মচা-মশু ফংজগে হায়বনচিংবা থৌনিজবগা মরী লৈনহন্দুনা অমদি মখেয়গী মনাৎপু অৱাংবা থাক্তা থাংগৎনবা হোৎনদুনা মীয়ামগী থাজববু মৱা হেন্না চেৎশিনহল্লি। দেবেন্দ্র নিংথৌগী ( খৃঃ ১৮৪৯ ) মমাংদদি মীতৈশিংনা মীনাই ফুঙ্গা থম্বা অসি চৎনরম্মী। মীনাই ফুঙ্গা হায়বদি মীনাই মতৈ মনাও থম্ব-বুনি। মখোয় অনিনা পোকচবা মচাশিংবু মপু অদুনা লৌনীংবা মমলদা অতোপ্পদা য়োনথোক-য়োনশিন তৌবা অসিসু চৎনরম্মী। দেবেন্দ্র নিংথৌগী ( খৃঃ ১৮৪৯ ) মতমদা মীনাই মচা য়োনবগী চৎনবী অসিদি তোকহনখিরমই। অদুবু মীনাই ফুঙ্গা লিংবগী চৎনবী অদুমদি অদুম লৈরম্মী। মীনাই ফুঙ্গা থম্বগী পথাপ অসি চুড়াচান্দ মহারাজনা পানবা ( খৃঃ ১৯১৩—১৯৪১ ) মতমদা তোকহনখি [১]। মীনাই ফুঙ্গাগী মপুনা লৌনীংবা মমলদা য়োম্থোকখ্রিবা লৈশাবী অমসুং পাখংশিং অদু মখোয়গী ময়ুম মকৈ পানবগী খুদোংচাবা লৈবাক খুনায় অসিনা পীবিরমদে। মরায়বক থীরবা মখোয়শিং অসিগীদমক্তি আর্টনা মখোয়গী পুন্সিগী মুঙাইজগদবা তাঙ্কক খুদিংমক্তা মপুং ফাবা ফংখিদ্রে হায়বসি শঙহল্লি। চীংথংখোম্বা নিংথৌ ( ১৭৫৯-১৭৬২ ) গী ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা পোকপা মচা ইবেম্মা * কুরঙ্গ নয়নীবু তেখাও ( অসাম ) নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বর

১ মোইরাংথেম চন্দ্রসিং পণ্ডিত অচৌবদগী ফংবা।

* লৈবাক অনিগী নিংথৌ অনি লুহোংবা অদু নীংশিংনবগী মশক ওইনা মীতৈ অউম্নাইশিংগী লৈনবগীদমক "মগলু-খাত" শেমই। লম অসি যোরহাটতগী লাপ্তনা মাজি খুন্দা চরু-চরাইগী মনাক্তা লৈ।

সিংহদা থাজখিবা মতমদা মীনাই ফুঙ্গা মীতৈ মুপী-মুপা য়াম্না উনখি, মখোয় অদু হৌজিক্তি মীতৈ ওইখিদ্রে, আসামীগা তিন্নখিদুনা আসামী খুনায়দা অদুম পূনখরে।

পুয়াশিংদা য়েকলমলিবা আর্টশিং অসি মখল অহুম থোক্লা খায়-দোকলমই। ১। অসুম লাইরিক ইরম্বদগী শোয়বা অমদি মুক হাখিবদা শোয়রিবা মফম অদুমক্তদা করিগুম্বা থরায় পানবা পোৎশক নত্রগা করিগুম্বা শক্তম অমা ওইনা য়েকশিনবা। ২। লাইরিক ইন্নিবা অদুদা হেন্না খঙহনবদা অমসুং ফোঙদোকনীংঙ্গিবা অদু হেন্না ফোঙদোকপা য়াহন্নবা, লায়থোকহন্নবা য়েকপা অমসুং ৩। চেগী অহাঙবা য়েংদুনা মরম ইচা চাদনা, চে হাঙদুনা লৈবদুদা হাঙহন্নীংদবা ব্রাখল অমগুম্না য়েকপা।

হকপা অমদি শাবদা হাপ্পা আর্ট অসিনা মহাক্কী ফুরুপ্তা চঙবা য়েনকাই আর্ট (খুংয়েক ৫) অদুবু মনীং তৌনা অচোবা থৌদাং য়াদুনা পাঙথোকই। আর্ট খরদি আর্টিষ্টশিংদা মখোয়গী লৈবাক-খুনায়গী মীওইশিংনা থৌদাং য়াবীউ হায়রবা মতম অদুতদা আর্টকী তৌফম থোকপা, তৌদবা য়াদবা থৌদাং অমনি খন্দুনা থবক অদুবু মপুং ফাহল্লি। কনাগুম্বা শাগৈ অমগী তলংকাই (কবুইগী অহোং য়ুম) শাবদা মী অদুনা শাখিবনি, য়েনশাংনা অসি অসি পীজখিবনি খঙনবা য়েক্কুনা তান্নরিবনি। আর্ট অসিনা মখোয়গী মনাৎ লমচৎ অমদি থৌরমশিংবু খঙহল্লি। অহোং য়ুম অসিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমক্লা মখোয়গী পুন্সিগী চেংজেন লোইদুনা মপুগী খুয়া তানখিবদা লেপ্পা সোরারেন কাবা ঙমই হায়না থাজনৈ। লোংদাইমৈ হায়না খঙনবা কবুইগা কুইনা তিন্ন-তোৎনরক্রবা মীয়াম কাঙলুপ অমা লৈরম্মী। লোংদাইমৈগী ব্রাহস্লোকতি "চীংজাওদা লৈবা মী" হায়বনি। কৌব্রু চীংগী চীংশাংদা তোঙানবা কোকলৌ ঙৌ (উম) হায়না খঙনবা মফম অসিদা লোংদাইমৈশিংনা খুন্দারম্মী। কুম অমদা তলংকাই কুন্দ্রা হেন্না শাখি হায়নৈ। তলংকাই শাবা তারবদি নুপা অমনা



খুৎয়েক ৫

য়ুম মখল মাপল শাগদবনি। অসুম তৌড়ুনা মী কুম্ন্দ্রানা চহি অমগী মনুংদা খুলসিদা নীংথিনা তলংকাই কুম্ন্দ্রা শাবসি অঙকপা ফংনা মশীং য়ামখ্রে। মখোয়গী চান-থরুবগী চিঙ্গাক অঙকপা ফংখ্রে। লোংদাইমৈশিংনা হৱাও-কুম্মৈ পাম্নবনা, কুম্মৈ তৌরিবৈদা লৌউ-শিংউবগী মতম হেন্দোকখ্রে। মরম অসিদগী ওল্লকপগী চান-থরুবা ৱাৎলে হায়তুনা খুল হোংবা ফরগনি খন্দূনা নোংপোকলোমদা খুল হোংখি[১]। চীংদা খুন্দাড়ুনা লৈরিবা চীংমী খুদিংমক্কী য়ুমদা য়েক-খোৎপা অমসুং হক—খোৎপা অসি অয়াম্বনা শীজিন্নৈ। মখোয়শিং অসিগী তোঙান-তোঙানবা ফজরবা ৱারী কয়ামরুম লৈ। মাও, তড়ুবীনচিংবদা লৈরিবা চীংমী-শিংনা মখোয়গী খুল্লাকপগী য়ুম শাবা তারবদি সুমিৎ ৫-নিগী মনুংদা কৈ অমা থিগনি। মতুংদা কৈ অড়ুগী শক্তম য়ুমগী ফকলাংদা হক্ত্নুনা য়েক্কনি। মী মকোকশিংসু পরেং পরেং শেমড়ুনা হক্কনি, মসিনা মপা মপূশিংনা লালদা মঙক ককখিবশিং অড়ু নীংশিংনবগী-দমকনি।

অদ্রোগী শিন্নজৈশিংদা (খুৎয়েক ৬) হকলিবা আর্টশিং অসি য়ুম পানবগী লম্বীদা খোঙদাদ্রিবা পাখংশিংনা মখোয়না নাহা-ওইরিবৈগী মনুংদা পূক্লিং অসি অড়ুকী মতিক

২ লোংজম মনিমোহন সিংহ "পোইরৈ সনা লৈবাক" লামায় ২০।

নুংঙাইজৈ। মসি পাখ শিংনা মশুং মমান্নবী নিংঙোলশিংদা অপাম মুংশি ফোঙদোক্লবা খুদোল তৌনবগী খুদোলপোৎ অমনি। চৈ-শিং অসি কঙ্‌লাইবী উ অত্নতনা শানৈ। মসিদা মখল মখলগী ফজ-ফজরব। ময়েক কয়ামকম পাখ শিংনা হক-খোৎলি। নিংঙোলশিংদা খুদোল তৌথোকপ্রবা মনা অমুক লৈংগোক্লুবা লৈনদে অমদা য়ানদে। অমরোমদা অতুবু পান্নদগী নত্রগা নিংঙোলশিং অদুবু লন্ননীংবদগী অংোপ্লা পাখ শিংনা নিংঙোলশিং অদুগী মযুমদা চংঙনা সাইজিন্দা থেংচিন্দুনা থমনরিবা শিন্নজৈ অদু লোন্না লৌথোক্লে। শিন্নজৈদা হক খোৎলিবা ময়েকশিং অসি অন্দ্রা খুঙ্গংগী মাথৈ খায়দোক্তুনা মাগৈকৈগী ওইবা ময়েকস্তু তোংান শোংান্না চংনবী অমা ওইনা হাপনরম্মী। ময়েকশিং অসি খুদোল তৌরম্লিবা পাখং অদুগী চাউরাকপা লমচৎ অমাদ মায়কৈ খঙবা ঙম্মে। নাহা ওইরিঙৈদা খুদোল তৌরকপা পাখ অদুগা পুন্সি লৈপুন ওইনখিদ্রবস্থ পুন্সি চেংজেন লোইরব্রবা মতম ফাওবদা লূবাক-নুংদা হাপ্তুনা চেকশিন্না থমজিন্নৈ। শিন্নজৈশিংদা হক খোৎপা অসি কাথা, লৈত্রাম, ফয়েং খুঙ্গংনচিংবদস্থ চংনরম্বগী খুদম ফংই।

*কাথা খুঙ্গ গী আর্টিষ্টশিংনা মখোয়গী †লংচাক খুদেং শাবদা মখল কয়াগী আর্ট অমস্তুং ময়েকশিং হকপা চংনরম্মী। মথোক কাররিবী নিংঙোলশিংগীদমক্তা ময়েক মশোল হকপা অসি মরু ওইনা আর্টিষ্টশিংনা হকপীরম্মী।

---

* কাথা খুঙ্গং—মোরে য়ৌগদবা মাইল ৬ রাৎলিঙৈদা, লম্বীগী অরাংলোমদা পূমবুম চীং অমস্তুং লাইরেনশিবী চীং লাম্বোক্লগা লৈবা খুঙ্গং।

† লংচাক খুদেং শাবা = হৌজিক্কি ঐখোয়না পাঙন্দেম হায়নরে।

কয়ামরুম থোকখি। মায়ন শিং অদুগী মনুংদা মাইবং, তিন্দোংবীনচিংবনা অথোইবনি।

মীতৈ আর্টিস্টশিংগী মীতৈক-মীরো অসিনা তুংদা হৌরকলিবা মীরোনশিংনা লাইনিং-নীচৎকী অহোংবশিং অদু খঙহৌনবা হোৎনরম্মী। মসিনা তাকই, লৈবাক-খুনায় অসিদা লৈবা মীওইশিংনা মখোয়গী মপা-মপুগী হাক্তগী চৎনরকলিবা লাইনিং লাইশোল থাদোক্লগা হিন্দু ধর্মদা লাইমিং লৌদুনা চঙশিনবা মতমদা হিন্দুগা মরী লৈনবা লাইশিং অমসুং মখোয়গী লাইনিং লম্বীগা মরী লৈনবা থৌদোকশিং অদুবু থায়নদগী চৎনরকলিবা ফিজেৎ অমসুং শক্তমশিংনা কুপশিনদুনা থমই। মসিনা চঙশিল্লকলিবা লাইনিং লম্বীদা, থায়নদগী চৎনরকলিবড় অদুম্মাক য়াওহন্দুনা লাইনিং লম্বী অদুবু হেন্না মরা চেৎশিনহল্লি। মসি আর্টিস্টশিংগী মীতৈক-মীরোনা মশক তাকচে। হিন্দুগী লাই তীনবু লাৎতুনা শেন্নরিবা বামোনবু মখোয়গী খুনায়দা করম্না থাক্লা থমলম্গে হায়রবদুস দু পীদমক্লা খঙহৌননবা আর্টিস্টশিং অসিনা হোৎনরম্মী (খুৎয়েক ৭)। শক্তম অসিদা মীতৈ ময়েকস্তু লাই অসিগী মফম কয়ামরমদা লাই অসিগা চান্নবা মতুং ইন্না ইরি। উৎলিবা লাই অসিগী খোঙ অনিগী কারক্তা মীতৈ ময়েক্লা হ, র, স, হায়না থারিবা অসিনা লৈশেমলোনগা হাইবং হকচাং শাবগা মরী লৈনহল্লি হায়বা তাকই, মাদুদি "হ" না মৈনি "র" না ঈশিংনি "স" না নুংশিংহনি। মৈ, ঈশিং, নুংশিং অহুম য়াওদনা তেংবানবা অসি ওইবা উমদে অদুগা তাইবং থরায় পানবশিংস্তু ওইদে হায়বদু ময়েক শেংনা তাকই মদুদি :—

"চীংঙ মহুকশাংদগী লয়হৌ লোংহৌ ওইরিবা, লাই মামুংবা অমবু পুথোক্লবগা "হ" কৌনা মিংহুল্লে। পায়মা মনিংশাদগী রাকুলেন তোংয়াইগী শিদবা অমতুং চিংথোরক্লে, "র" কৌনা কোলোয় মক্লি থোক্লে। খোইরমু শিদবনা রুক য়াগী চিংতুনদে ঈন্দুদগী মপারী অমসুং শাঙ্গফোংহল্লবগা "স" কৌনা য়োইপাহরে।" (সনামহি লাইকন, লাসীয়ং১।



খুৎয়েক ৭

১৮ শুবা চহি-চা লোইয়মদাইগী মতমদা, মীতৈ ময়েক্তা আগয়পাক্তা ইবা অরিবা লাইরিকী মঙ্‌'দা য়েক্লবদগী চপ চানা শিন্দোকপা।



খুৎয়েক ৮

১৯ শুবা চহি-চা ভক্ষায় চনশিল্লকপা মতমদা, মীতৈ চেদা মীতৈ ময়েকা কোয়না ইবা অরিবা লাইরিক্তগী চপ চানা শিন্দোকপা।

অসিগুম্বা আর্টকী মীতেক-মীয়ৌ অসিনা লৈবাক খুনায় অসিদা অনেম অরাং খায়দোকলম্বগী খুদম্মক উক্রাগ্‌স্থ মতম অতুগী চংনবীগী অযৌবা খুদম অমদি তাকলি। চূড়াচান্দ মহারাজগী মতম খৃঃ ১৯১৩ ৪১ ) দা অতোম্বাপু শর্ম্মনা লৈবাক-খুনায় অসিদা অমাংবা, শোক্ক পন্নবা য়াদবা মীবু নুপা মরিক্ফুমরি সিকি অহুম আনাগা পাই তরুক পীরগা শেংদোক্লরম্মী[৩]।

পাকলগী লিয়ৌ তুগুপশিংবু লৈবাক-খুনায় অসিগী মীপুম খুদিংমক অমদি আর্টিষ্টশিংনা লিয়ৌ তুখুপ হন্দোক্লুনা য়েংবা অসি চুল্লি ফাওবা খাদোক্লদ্রি। মমৈগা ময়াগা চীক্লদুনা খাদোক্লদ্রিবা অসিনা খরায় পানবা খুদিংমক পোকল শির তৌববু থঙহল্লি। হন্দোক্লুনা য়েংলগা লোইশিনবা মতাংদস্থ তুখুপ তানা লোইশিনবা ওমদ্রবদি লৈবাক খুনায় অসিনা তৌহৈদে হায়বা য়াকম অমা চৎনরক্লি।

আর্টিষ্টকী মীতেক-মীয়োনা মখোয়না নীংজবা লাইশিংবু পংনীং নীংশিনবা নক্তে হায়বসি তাকই। চেক্ল চেকশিল্লক্লবা মতমদা মপা মপুগী লাইনিং লাইশোন অদুবু খক থাদোক্তে। মীতৈনা তাইবং মপুবু অতিংকোক কুরু শিদবা কৌই। অচৎ-চত্তবা, অউ উদবা তাইবং পুন্নমক অসি অতিংকোক্লগী থোৱকই, মানা শেম্বা তাইবং অসি মানা ওাকই অমস্থং মতম ওইরগা মানা মাগী মপুক্তা পুশিন্দুনা তাইবং মুৎপা কৌবা মতম অদু ওই। উমং লাইদা মকোশা লেংবী ঈমাগী খুবম য়াববু লাইরেম্বী কৌই। লাই ঈপাগী খুবম য়াববু লাইনিংথৌ কৌদুনা খুবম য়ানরি। খুবম য়ানরিবা থৌওং অসিদা মপারী মমোম শিংনা অরান-খুবম ফংজদুনা মখোয়না মহোশা খুৎশেমগী পাম্বীশিং অমদি তীন-কাওশিংগী শক্তমশিংবু য়েকপা চৎথরকই। মথক্কী থৌওং অসিদগী খামেন চপ্পগী আর্টস্থ থোরকপা ওইগনি। আর্ট অসি অকোয়বা মওংদা শরুক নিপাল থোক্লা খায়দোক্লুনা মপুং অমা ওই-হল্লগা লৈগী মওংদা শেম্বনি অমদি মথল অহুম থোক্লা পুথোকপনি। লৈ

---

৩ মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ পণ্ডিত অচৌবদগী ফংবা।

অমসুং পাখংবগী ময়েক (থেককোই থেককোই তৌবা) অসিনা মহৌশাগী খুৎশেমগা অমদি তাইবং শেম্বা মপুগা মরী লৈনবদুবু ফোঙদোকলি। মস্মনা উকায় কাপ্পদা লিৎনবা ঙাঙনা লাংবা ফি নত্রগা ৱাথোক ফিগী (খুৎয়েক ১৩) শরুকশিংদা উ পাম্বী, লৈ অমসুং তীন বাঙগী শরুমশিংবু ময়েক শেংনা উৎতুনা মহৌশাগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদা অরান-খুবম ফংননবগী লাইনিং লম্বীবু ময়েক শেংহনবগুম তৌরি। বঙ্গীজশিংসু উমংলাই অসেনজী লাৎলি অমসুং লাই হরাওবা ফয়াবোই হায়বা থৌরম অসিসু পাঙথোকই। মৈদিংঙু চরাইরোংবগী মতম (খৃঃ ১৬৯৭ ১৭০৮) দা পাম্হৌইবীগী শক্তম খৃংগী মতুং ১৬৯৯ গী ডিসেম্বর থাদা হৈরে[৪]। মসিনা মণিপুরদা শাক্ত ঈনাৎ অসি ৱামান্দি অমসুং গৌড়ধর্ম্মগী লাইনিং লম্বীগা লোয়ননা অতুম্মক ইরোয়ননা লাক্লি। চৈথারোল কুম্বাদা চরাইরোংবগী মতমদগী কালিকাগী ফুৱানচিংবা শাবা, পনবা থেংনৈ। শাক্তগী ঈনাৎ * অসি অঙনবা মতমদগী হৌনা লৈরে হায়বসি মীতৈ পুয়াশিংনা খুদমনি।

চিরুশিংনা মখোয়বু শেম্বিবা মপুবু পথেল কৌই। পথেলগী মফম ওইনা য়ুমগী অৱাং নোংপোক থংবা শরুক্তা উয়ুং পাম্বী থাদুনা লম কন্দুনা থমই। লাই অসিগী মহুৎ শিন্দুনা উয়ুং পাম্বী অসিগী মখোঙদা সুঙ অমা য়ুংই। সুঙ অসিবু কৌরুনি হায়না খুবম থমই[৫]। থাদো কুকীশিংনসু মতিক ময়াই লৈনা পথেলবু নীংই। কবুইশিংনা নীংবা, লাই পৌলাংগং (ঈপা লাইনিংথৌ পোকলেন পোকপা) লেংমৈনা নীংবা, অৱাপিও (পোকলেন পোকপা), খোংজাইনা নীংবা,

৪ মণিপুরী বিশ্বভারতি সেরিজ নং ৮৩, 'চৈথারোল কুম্বাবা' ভল্যুম ১, ২, লামায় ৪৭

*লাইরেম্বী লাৎপা লাইনিং লম্বী অসিবু ভারতকী সাহিত্য অমসুং সভ্যতাদা নিয়ম অসিবু শক্তিজম কৌই।

৫ থাংজি চিরু, এ ট্রাইবেল ভিলেজ ইন মণিপুর (সেনসস অফ ইণ্ডিয়া ভোঃ XXII পার্ট VI, ১৯৬১ ইং।

পাথেং ( অশেংবা মপু ), সপুমৈনা নীংবা লাই, রামৈ, তাঙ্খুলনা নীংবা, কামিও ভরি ভরা (ঈংনা লৈবা ঈপা শেম্বীবা ) অমসুং পকাননা নীংবা—অশা পাবান ( স্বর্গগী মপু )[৬] মীতৈনা যুমলাই সনামহি লাৎপগুম্না চীংমীশিংসু যুমগী কাচিন্দা লাইনিংথৌ সনামহি লাৎলি। তাঙ্খুলশিংনা অলাহ ( অমিও ) বু সনামহিগী মশক ওইনা লাৎনৈ। অতৈ খরনা থিকইখোঙ হায়নসু কৌই। খুলগী লুচিংবা নত্রগা পিবাগী যুমদা অখন্ননা থমনৈ[৭]। যুমগী কাচিন্দা লাৎপা অসিদংদি চীংমী অমসুং তম্মীশিংগা খেন্নৈ। লমকাংগী ঈরুপশিংনা মখোয়গী যুমদা রাগী উতোং মরি থমদুনা সনামহিনি হায়না লাংনরি[৮]। চিরুশিংসু রা মরি নত্রগা মঙানা সনামহিগী খুবম শেমদুনা লাৎনরি[৯]। অতোপ্পা ঈকপশিংনা চফু নত্রগা তুম্বাদা অমসুং পোলাংবু সনামহিনি হায়না খুবম য়াদুনা লাৎনরি[১০]। ব্রহ্মীজশিংনসু যুমগী লুখুম মনাক্তা ফাল মচা অমা থংদুনা সনামহিগী মতৌগুম্না ইংনাৎ হায়না খুবম শেমদুনা লাৎনরি।

ইংশোক ১৮৯৫ দা চী মীশিংনা ( উখ্রুলগী ) খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম লৌবা হৌই[১১]। খৃস্ট্যান লাইমিং লৌবা খুনবু লাইনিং খুন হায়না খঙনখরে। মপা মপু হাক্তক্তগী চৎলকপা লাইনিং লম্বীবু চৎপা কাঙবুবু য়ূথক খুন হায়না কৌনখরে। চকপা খুঙ্গশিং—অন্দ্রো, নোংপোক সেকমাই, খুরখুন, ফয়েং, ওসিনচিংবদি, মীতৈশিংনা পামহৈৎগী মতমদা ( খৃঃ গী

৬ বলচরেল ইন্টিগ্রেসন "এ সোভেনর মরিশুবা চহিগী কনফরেন্স ১৯৭১ ইং।

৭ তাঙ্খুল, রাই, কে, শিরে "ঋতু" ৪৪ শুবা চেফোঙ ১৯৭২ ইং

৮ নিঃ কএন থোমা ময়োন মশাং "চীংগী রারী" লামায় ৪৮,৪৯ ১৯৫২ ইং

৯ থাংজিং চিরু, এ ট্রাইবেল ভিলেজ ইন মণিপুর।

১০ "চীংগী রারী" লামায় ২২

১১ "চীংগী রারী" লামায় ৬৭

চহি ১৭০৯-১৭৪৮) হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনিং লৌবা[১২] অমদি চৌংথং খোম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা (খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৮) বৈষ্ণবিজম লৌগ্রবা[১৩] মতুংদদি লৌখিদ্রে। তোঙাম্না মখোয়বু থাইদোক্তুনা থমলম্মী।

কাথা হায়বা, খুঙ্গং অসি ১৯৭১ ইংগী মীকোক থীবগী মতুং ইন্না মুপীনা ৪৮নি মুপানা ৫৩ ওইরম্মী। খুঙ্গং অসি অন্দ্রো খুঙ্গংদগী থাইখিবনি হায়ন, অন্দ্রোগী অহল-লমনশিংনা হায়। কাথাগী নিঙোলশিং তাঙবা মরম্না চৌংমী নিঙোলবু মৌ হায়বা অসি চৎনরম্মী খুন অসি মসাংগৈগী মতমদদি য়ুম্নাক অহুমথক্তা লৈরম্মী, মখোয়শিং অদুদি, নিংথৌজম, সরোখাইবম, অমস্থং সোরেনশংবমনি। হৌজিক্তদি য়ুম্নাক ৭।৬ ওরে।

---

১২ যোগেন সাইকিয়া "হিল ট্রাইব্‌স ইন্ আসাম, দেয়ার পাষ্ট, প্রেজেন্ট এণ্ড ফিউচর আসামীয়া সজ্ঘ, কলিকাতা।

১৩ রাজ কুমার স্নাহল সিংহ বি-কম "মণিপুর ইতিহাস" লামায় ৮৪

# বাঙুরোনগা মরী লৈনবা

painter's chapter

(পাফল আর্টশিং (খুংয়েক ৯) অসিগী মমৈগা ময়াগা চৌরুরিবা অসিনা মীওইবগী মশাগী মওঙ মতৌবু ফাজিনহনবা অমদি হিংহনববু খঙহল্লি। মালেমদগী হৌরকলগা মালেমদা অমুক হনজিন্না থাবা নত্তনা ওইবা য়াদে হায়বা ৱাফমসি আর্ট অসিদা মমৈগা ময়াগা চৌরুবনা উৎথোকই।

আর্ট অসিনা তেংবানবদা লৈরিবা থরাই পানবা অচৎ চক্ত খুদিংমক তেংবানবা মপু মাগী মতিক ময়াইদগী থোকখি হায়বা খঙহল্লি। মসিনা মথোয়গী লাইনিং লম্বীবু বাঙুরোন্দা পুশিল্লি। থরাই পানবা খুদিংমক্তা মাগী মাগী পুন্সি লোইরগা তেংবানবা মপুদা অমুক হনজিনহনখিবা ৱাফমবু খঙহল্লি। মসিবু অশম্বা ৱাহৈদা ইপা ইপুশিং লাইগী মতিক খঙলবশিংনা "ৱাংলৈ য়ুসিলহনবা" হায়না খঙনৈ। মালেমসিদা লৈরিবা থরাই পানবা পূম্নমক্কী অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বসি নাম্থোকপা য়াত্রবা চেনফত্রবা মওঙনি। মতৌ অসুম্না মানা শেমলকপা তাইবং মঙোন্দা অমুক হনজিনগদবা মওঙ অম্বুবু আর্ট অসিনা তাকলি। মমৈবু ময়ানা চৌকপা হায়বসিনা লৈরিবা থরাই পানবা খুদিংমক অসি হন্না হন্না পোকল শির তৌবা ঙাক্তনি হায়বা ৱাফমবুসু খঙহল্লি। পোকল শির তৌবশিবু "থম্মোই য়াংওই" হায়নসু খঙনৈ। মরম অসিদগী মমৈগা ময়াগা চৌরুবা অসি থাদোক্লবা য়াদে হায়না তাকই। পাফলগী লৈই অমগী মথাদা লৈই অমা চৎখিবা লৈইশিংবু থরাই পানবশিংগী মুপা মুপীগী খুদমবু উৎথোকই। মসিবু মীতৈগী অহল-লমনশিংনা লাইনিং লম্বীদা "পাংঙাবুং" কৌনৈ। চৎথ্রিবা লৈই মথক মথা অসিনা মরু হুন্দুনা তাইবং ফাওনবগী খুদমনি।

মীওইবগী পুন্সিদা অৱাবা, মুংঙাইবা, মুংশিবা, খুদোংথীবা, অমসুং লন-মিংচৎ ফংবা অসিনচিংবা পোকপদগীনা শিবা ফাওবদা লাকলিবা থৌরমশিং অসিসু ময়েক লানা মখোয়গী লৈবাক-খুনায়দা চৎনরিবা শক্তমশিং অদুবু আর্টিষ্টশিংনা মীতৈ ময়েক্লা ইবা শুবিকানচিংবদা য়েকতুনা ফোঙদোকলি। ফোঙদোক্লিবা আর্টশিং অসিনা মখোয়গী মনাৎকা মরী য়াম্না নকশিন্নহল্লি। ফয়েংদগী ফংবা "চিরোং শা-ঙা লৈরোং ফি" (খ্রীঃ ১৮৫০) দা শা অমসুং ঙা য়াওরিবা অদুবু মাইচৌ থৱনা লাইনিং লম্বীগী অহোংবা শক্তমবু তাকপনি হায়না খঙহল্লি। শক্তম অনি অসিনা চীং অমসুং তম্ মচিন-মনাও ওইরম্বদগী, লাইনিং লম্বী তিন্নখিদবদগী থায়দোকখিবা মওঙবু লাইনিং লম্বীনা য়ুমফম ওইহল্লগা চিঙ্গাক্লা তাকলি (খুৎয়েক ১৫)। মোইরাংগী থোইবীনা লোল্লম্বা "য়েনগাউ ফি" (খুৎয়েক ১২) অদুগী শক্তম য়েংলগা লৈবাক-খুনায় অসিগী মওঙ লাকশিনবা ঙমই। য়েনবু কোয়শিল্লিবা অসিনা মালেমদা লৈরিবা মীওইবনা মীওইবগী হিংনবা য়েনবু পীদুনা হিংলি হায়বা অসি তাকই। য়েনগী ওই থংবা মখোঙনা কাওদুনা তিন্থোক ফাবা ওইনা য়েল্লিবা অসিনা মালেম অসিদা মীওইবশিংনা মখোয়গী মথৌবু পাঙথোক্তুনা হিংলিবনি হায়বা খঙহল্লি। অকোয়বা শরুক অসিদগী লানথোকপ্রগা লৈরোং অমা শেমখ্রিবা অসিনা খুৎশেমগী ফজববু উত্তুনা মীওইবগী থম্মোইবু থোৎ নোইহল্লিবনি।

"ৱাথোক ফি" গী শরুকশিংদা মপুং ওইনা উ পাম্বীশিং শী-জিন্নরিবা অসিনা মহৌশাগী খুৎশেমগা মরী লৈনহনববু তাকলি। য়েক্লিবশিং খুদিংমকপু আর্টিষ্ট অসিনা মথৱাই হাপ্লি॥ লৈশিং মরক মরক্তা য়াওহন্দুনা মহৌশাগী ফজবা উৎলি। মরক মরক্তা ঙাগী মওঙসু শীজিন্নরি, মসিমক্না লৈবাক অসি চাক-হোঙ ঙা-হোংঙদুনা পাল্লম্মী হায়বা খঙহল্লি। তীন-কাঙনচিংবগী ফজবসু আর্টিষ্ট অসিনা মখোয়গী চৎনবী অদুবু তাক্তুনা লৈবাক-খুনায় অসিদা উৎলি (খুৎয়েক ১৪)। উমং লাইশিংগী লাইশং মতোন্দা হাপ্লিবা চীরোং অসিনা য়াইফবা অমদি

মুংঙাইবা খুদমবু উৎলি। চীরোং অসিবু মাইচৌ খরনা পাখংবশী চীরোংনি হায়না কোঙদোরুবস্তু য়াওই। তাম্বূল, খোংজাই, ঙাম্নৈ, অনাল, কবুই, কোম, অমস্তুং কোমরেমনচিংবা চীংশী মীশিংনা কুম্মৈদা চীরোং শীজিন্নরি[১]। চীরোং অসি মণিপুরগী উত্রাগী মতোনদস্তু হাপ্লি। মসিদগী লৌথোক্লুনা কাংগী (জগন্নাথ) মতোন্দস্তু চীরোং অসি শীজিন্নখি। লম্মাংদোং মনীংদা তাবা চীরুশিং খরনা মখোয়গী য়ুমগী মতোন্দা ইনা তাশীন্দুনা চীরোং শেমদুনা থম্বস্তু য়াওই। আও, অঙ্গামী, মাও অমস্তুং তাম্বূলশিংগী য়ুমগী মতোন্দস্তু চীরোং* অসি শীজিন্নৈ। মাওশিংনা চীরোংবু কীকাই কৌই, অরাংদা তাবা মাওশিংনা কীচাই কৌই। তাম্বূলশিংনা চীরোংবু লেংচেং কৌই। কবুইশিংনা চীরোংবু কাইচাই কৌই। চীরোংবু মরিংনা ইন্দ্রকা কৌই। অন্দ্রোনা চীরোংবু লাইচি কৌই। ব্রম্মীজশিংগী উমং লাই অসেনজীগী মতোন্দস্তু চীরোং অসি হাপ্পী। অন্দ্রোগী শঙলেন, (পালি থান্নদুনা হৌজিক ফাওবা মুংহনদ্রিবা মৈফম) অহল্লুপ পানাগী শঙ, নাহারুপ পানাগী শঙ, অহল্লুপ পানাগী পাখং-লৈশাবীগী শঙ, নাহারুপ পানাগী পাখং-লৈশাবীগী শঙ, পূরৈরোম্বগী শঙ অমস্তুং চিংসোম্বগী শঙ তরেৎ অসিগী মতোন্দা চীরোং অমমম শঙগী মনিং-মমাংদা হাপ্পী।

অন্দ্রোগী শঙ তরেৎ লৈরিবা অসিনা চয়োলগী মুমিৎ তরেৎপু খঙহল্লি। চীরোং অসিগী মখুল অহোবা অহুম লৈরিবা অসিনা থরাম্মিচাক্কী খুদমনি। থা-মচেৎ মানবা অহুম অহুম্না খুজিং ওইদুনা থমলিবা অসিনা

১ "পোইরৈ সনা লৈবাক"

* চীরোং হাপ্পা অসি, ব্রম্মীজশিংগী মী অশিবা পুথোরুবগী কু-গী শঙ মতোন্দস্তু হাপ্পী। মীতৈশিংনস্তু কাইরেল-কাইজাও (ফমনাইব-শিংনা শিরগা পুথোরুবা কু-গী শঙ, কু অসিগী ফিবান্দা ময়েক কয়ামরুম্না য়েক খোৎলি) গী শঙ মতোন্দস্তু চীরোং অসি হাপ্পী।

থৱান্মিচাক্কী মশেক মঙালনি। থা-মচেৎ মানবা অহুম অমসুং মখুল অহোবা অহুম অসিনচিংবা অহুম অহুম্না খুজিং ওইহল্লিবা অসি অম্রো খুঙ্গংগী অহল-লমনশিংনা কুরু অহুম্না তাইবং শেম্বীবা মপু মহাক্কী খুদমবু খঙহন্দুনা থমলিবনি হায়রি। কুরু অহুম অদুদি — খুমোম্বা, কিয়াম্বা, অমসুং মুংয়াম্বনি। অম্রোগী পনম নিংথৌ হরাওবদা ৱা মতাং তরেৎনা মখোক ওইহন্দুনা শাবা হুমাইগী শরুক্কসু খোইগুম্না কোনশিনবা ময়েক অমা হাপ্লি। ময়েক অসিনা থৱান্মিচাকপু খঙহল্লি। হুমাই অসিবু অহল্লপ পানা (সলাম, পুথেম, চিংঙাথম, হৈক্রুজম, সমজেৎশাবম, থোকচোম, লৈশুংবম, মাইবম,* লাইশ্রম,* য়ুম্নাক মাপন্না শাবা) গী অমসুং নাহারুপ পানা (সগোলসেন, সরুবম, সারুংবম, ফানজোবম, নিংথৌজম, অশৈবম, খুমুংময়ুম, য়ুমখাইবম, হিজম, য়ুম্নাক মাপন্না শাবা) গী মকোক চিংবা মপা অমমম্না মকোক চিংলগা নিঙোলগা লোয়নননা ৱা মতাং খুদিংগী পায়রপা লাইবুংদা চোংই। হুমাই অনি চঙই, অমনা নুমিৎকী মশক্কি অমনা থাগী মশক্কি। পায়দুনা চোংলিবা তরেৎ অমনা থাদা থূপখি, তরেৎ অমনা নুমিত্তা থূপখি।

---

* মাইবম অমসুং লাইশ্রম য়ুম্নাক অনিসি কাইনথংদা অম্রোদা চঙলকপনি।



খুংয়েক ৯ পাকল



খুংয়েক ১০ পাকল

থঃনা পোকত্রিউঙ মমাংদগী হৌনা শিজিন্নবক্কুনা, তরুঃকলক শুবা পোকলকপদা ওইরকপা মওংগী পাকলগী শক্তম।

নোংপোক




খুৎয়েক ১১ অন্দ্রোগী শঙশিং লৈবগী ফিবম উৎপা

---

১। নাহারুপ পনাগী শঙ। ২। অহল্লুপ পনাগী শঙ।
৪। নাহারুপ পনাগী পাখং লৈশাবীগী শঙ। ৩। মৈ হৌ-
জিক ফাওবা মুৎত্রিবা মফম, শঙলেন। ৫। অহল্লুপ পনাগী
পাখং লৈশাবীগী শঙ। ৬। পুরৈরোমম্বগী শঙ।
৭। চিংসোম্বাগী শঙ।

# ৱারী-শীংবুনগা মরী লৈনবা

মীতৈনা মখোয়গী মনাংতা মীৎয়েং অমি থোল্লা য়েংলৈ। অহানবদা, মখোয়না ৱারী-শীংবুন অদুবু পুল্লীং হকচাং ৱাওনা থাজন্নুনা মতম পুন্নমক্তা লুপশিন্দুনতা থমই। অনিশুবদা মখোয়গী আর্টকী ৱারী শীংবুন অদুনা মতম পুন্নমক্তা মখোয়গী লাইনিং লাইশোনবু মীয়াম্না হেন্না থাজহন্নবা, মরা চেৎশিনহন্নবা হোৎলৈ। ৱারী-শীংবুনগী মীৎয়েং মখাদা থায়নগী আর্টশিংবু মতম কুইনা লৈহৌনবা য়োকখত্তুনা থম্নরকই। মখোয়না আর্টকী ৱারী-শীংবুনগী মতিক চাবা ৱাপা পীনবা পুয়াশিংদা ইত্তুনা থমনবসু য়াওই। মীৎয়েংশিং অসিগী মখাদা মচা-মশুশিংনা মখোয়গী পারি-পুরিগী হৌরকফমবু নীংশিংহন্নবা ঙসি ফাওবা থমনরক্লি।

মোইরাংগী থোইবীগা সনদ্রিক চনিং খোম্বীগা ফি শাবা তান্নবদা শাখিবা 'শাসবা-ঙাসবা' হায়বা ফি* অদু ৱারী-শীংবুনগী মীৎয়েংনা ঙসি ফাওবা য়োকখৎতুনা থমনরিবনি। মসিদা নত্তুনা খম্বনা উকায় কাপ্পদা লীৎপা "ঙাংনা লাংবা ফি" নত্রগা "ৱাথোক ফি" ‡ নচিংবসু ৱারী-শীংবুম্না লীশিন্দুনা থমনরিবনি। চোথেগী চৌতোনম্ ময়েক্তা পাখংবগী শক্তমগী শরুকশিংবু অমমমতা ওইনা য়েংলগা হকচাংগী ফিরেপ অমবু শাগৎলি। চৌতোনম্গী ময়েক্তা চোথে কাঙবুগী হৌরকফমবু "চোথে থাংমৈ পাখংবা, শওম নাউয়োকচীং, পাম্বা কৈনা নাউথেমচীং"[১] হায়না শৈথাত্তুনা নীংশিংনরি। ৱারী-শীংবুননা য়োকখত্তুনা থমখিবা অসিগী মতুংদা মোইরাংগী থোইবীনা লোল্লবা

---

* নিংথৌখোংদা লৈরিবা ‡ নিংথৌখোংদা লৈরিবা

১ "চীংগী ৱারী"

ফিশিং অমদি খম্বগী ফিরোল খরদা * মপানগী ফি ওইনা হাপচিন্দুনা শিনজিনখি। অশুম্না লাননা শীজিন্নখ্রবা ফিশিং অদুবু ৱারী-শীংবুন্না কুপশিন্দুনা থমখি অমসুং অচুম্বা, অশেংবা ওলহন্নবা ৱারী শীংবুন্না য়োকখৎলি। অদ্রোম্দা লৈরিবা "ফক" অদুবু মখোযগী লাইনিং লম্বীগী মতেংনা অচুম্বা ওনশিল্লকবা ৱারী-শীংবুন অমা পুশিল্লকই। অন্ড্রোশিংনা "ফক" অদুবু লৈমাযদা থারগা মদুগী মথক্তা থুকউ-খুদক কুন্দুনা মুমিৎপু খুরুম্বদা শীজিন্নে। "ফক" অসিগী মশাদা ফজরবা ফূরা অমা য়েকলি। অকোযবদা লৈরোং য়াওই, মথক্কী অহাংবা শরুক্কী ওই-থংবদা থা-মচেৎ অমসুং থৱান্মিচাক য়াওই। য়েক্লিবা মযেকশিং অসি মণিপুরী আর্টকী অশেংবা অরিবা শক্তম নত্তে।

"ফক"অসি খাগেম্বা নিংথৌগী হাক্তক্তা (খৃঃ ১৫৯৭ ১৬৫২) পাঙলশিং ফারকপা[২] মতমদা লোযনরকপা নত্রগা চুডাচান্দ মহারাজ (খৃঃ ১৯১৩-১৯৪১) গী মমাং খরদগীনা মহাক্কী মতম ফাওবদা পাঠানশিংনা মণিপুরদা লল্লোনবা চঙলকপদা পুশিল্লকপা ওইগবরা খল্লি। থায়নগী অহল-লমনশিংনা থাজবা অমগী মখাদা ৱারী-শীংবুন্না মরা হেন্না চেৎ-শিহন্নবা হায়দুনা "ফক" অসিবু ৱারী-শীংবুনগা য়ান্না নকশিন্নবা পোৎশক অমা ওইনা পুথোরকই। পোৎশক অসিগী মতেংনা ৱারী-শাংবুন অদুবু চারোন-শুরোন ফাওবা খঙনহৌনবা থৌদাং অমা যাহল্লমই। অতোপ্পা খুদম অমত্তং লৌখৎলবদা খম্বনা উকায় কাপ্পদা লিৎখি হায়নরিবা "ঙাঙসা লাংবা ফি" নত্রগা "ৱাথোক ফি" অদুগী মতেংনা খম্বা-থোইবী অমসুং মোইরাং কংলৈরোনগী ৱারী-শীংবুন অদুবু য়োকখত্তুনা থমলিবনি। অমরোমদসু ফি অসিনা ৱারী-শীংবুন অদুবু মীপুম তিংনা অৱায়বা মওংদা খঙহন্নবা খুদমগী মশক ওইহল্লিবনি। ৱারী-শীংবুনগা মতৌ অসুম্না মরী-লৈনবা অসিগী অতোপ্পা কান্নবা অমসু লৈরি। মসিনা ৱারী-শীংবুন্না শৌগৎপা মতম অদুগী লৈবাক খুনায়গী চপ চাবা মমি অমা উৎপা ঙম্মী।

* ঙাংখলরাই খুঙ্গংদা লৈরিবা। ২ "চৈথারোল কুম্বাবা" লামায় ২১।

আর্ট খরদি ৱারী-শীংবুনগা মরী লৈনজরবসু, মখোয় অদুবু লৈবাক-খুনায় অসিগী মী খরনা থৌওইদনা থম্মী। মসিগী হৌরক-ফমদি আর্টশিং অদুবু শেন্নদুনা লৈরিবা অমসুং আর্টশিং অদুগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামশিংনা আর্টশিং অদুদা শৌগৎপা ঙম্ব। ৱারী শীংবুনশিংবু কা হেন্না থুপচিন্না থম্মী। মসিনা আর্টশিং অদু মখোয় অদুগী ৱারী খঙবদা খুদোংচাবা লৈহনদে। খুদম ওইনা পীথ্রাইনা শাবা থাংজিংগী শাদোঙ* অনি অসি লৌখৎপা য়াই। শাদোঙ অনি অসি লুৱাং পুদাংকু অমসুং হাওযু শামম্নু শাফবী মতৈ-মনাওনি হায়নৈ অদুবু মখোয়গা মরী লৈনবা অকুপ্পা ৱারী-শীংবুন-শিংদি, শাদোঙশিং অসি শেন্নরিবা মীশকশিংনা কা-হেন্না থুপচন্দুনা থম্নবদগী ময়েক শেংদবগুম তৌরি।

## য়েনগাউ ফি

মোইরাং থোইবীনা লোল্লগা য়েনগাউ✦ ফিনি (খুৎয়েক ১২, ১১ শুবা চহি-চা) মহক-মহক তৌদুনা অকোয়বা মওং অমা শেমলিবা মসিগী মহকশিং ২৫ নি। মসিগী মমুংদা লৈরিবা শক্তম অসি য়েন্না ওই-থংবা মখোঙ থাংগক্তুনা তিংখ্রাক নমদুনা থন্নগা মচিন্না চাবা হৌবগী শক্তমনি। তীন অসিগী শক্তম্না অকোয়বা অসিগী ৱাংমা লাম্থোকপ্রগা খোই অমসুং লৈশিংগী শক্তম্না মপূং ফাহল্লি। য়েন অসিগী শক্তম অমসুং শকওং য়েংলুরগা আর্টস অসি মহৌশাগী তীন-কাওগী পীথোরকপা লমচৎ অদুবু মপূং ফানা খঙলম্মী হায়বা য়াই।

---

* শক্তম হৈবগী থবক :— চরাইরোংবা নিংথৌ (খৃঃ ১৬৯৭-১৭০৮) গী মতমদা পাম্বোইবীগী শক্তম হৈরে (চৈথারোল কুম্বাবা, লামায় ৫১), নিংথৌ অসিগী মতমদসু সনা পুম্বনা শক্তম হৈবা হৈরে (চৈঃ কুঃ লঃ ৫১১)। চিংথংখোম্বা নিংথৌ (খৃঃ ১৭৬৩-১৭৯৪) দা সনামহিগী শক্তম হৈরে (চৈঃ কুঃ লঃ ১১৮)।

✦ মোইরাং থাংজিংদা লৈরিবা।

অকোয়বা শক্তম অসিগী মওংদা য়েন অম্বিবু থমলিবা অদি আর্টিষ্ট অসিগী রাখন্দা রাংলবা রাঙ্গুরোন অমা ফুমদুনা থমলি। শক্তম অসি সেঃ মিঃ তরামঙা পাকই। মীতেক-মীয়োগী মওংদা য়েন্নিবা শক্তম অসিনা মতম অদুগী মীতৈশিংনা থবাই পানববু কন্না য়াম্না মরু ওইনা লৌরম্বগে হায়বা রাফমদা নৈননবা থমলমই।

অকোয়বা শক্তম অসিগী মহক-মহক তৌবা অমদি মনুংগী অকোয়বা শরুক অসিনা কুম মচু শীজিন্নৈ। মনুংথংবা শরুক্না অঙাংবা মচু শীজিন্নৈ। য়েনগী মমৈগী শরুক অসি মমশিনবা নাপু মচু অমসুং অঙাংবা মচুনা মথং-মথং থংননা শীজিন্নৈ। মকোক অমসুং তিন্থোক অসিনা কুম মচু শীজিন্নৈ। মশা অসিগী মপান-থংবা শরুক অসি অশংবা মচুনি। মনুংগী অসিনা নাপু, অশংবা, কুম মচু শীজিন্নৈ। মখাগী থংনবদা য়ান্থরিবা অহুম অসি কুম মচু শীজিন্নৈ। মখোঙ য়েৎ-ওই অনিমকসু কুম মচুনি। হায়রিবশিং অসি নত্তনা লেমহৌবা য়েনগী শককশিংদি অঙাংবা মচুনি। তিন্থোক্কী লাকলিবা খোই অমসুং নৈগী শক্তমশিং, ওই থংবা শরুক্না অঙাংবা, য়েৎ-থংবা শরুক্না নাপু মচু শীজিন্নৈ। মথক অমসুং মখাদা নৈরিবা নৈনা অনি অসিগী মখা-থংবা শরুকশিংদা নাপু মচু শীজিন্নৈ। মথক থংবা শরুক্না অঙাংবা মচু শীজিন্নৈ। মখোয়শিং অসি নত্তবা নৈশিং অসিগী শক্তম শেমলিবা শককশিং, অপিকপা নৈশিং অসি কুম মচু শীজিন্নৈ। মখাগী নৈনা অসি করিগুম্বা মতমদা মথক-মখা মচু ওন্ননা শীজিন্নরকপসু য়াওই।

## রাথোক ফি

থম্বনা উকায় কাপ্পদা* লীৎপা "রাথোক ফি" (নত্রগা ভাংনা লাংবা কি, খুৎয়েক ১৩, ১৪) ফুরিৎ লীৎলুবদা রাথোক কয়ামরুম থোকখি

---

* উকায় কাপ্পা হায়বসি উ কারল য়ুংলগা মহুদা তেন্না কাপ্পনি। কারল য়ুংলিবা উ অদুবু মীওইবগী শক্তমগা অমগুনি হায়না তেন কাপকদৌরিবা মীশক অদুনা লৌই। তেন কাপ্পা মতমদা য়ুংলরিবা

হায়ত্নুনা। "ৱাথোক ফি" হাংনা খঙনখি। ফুরিৎ অসিগী শরুক্তা পাম্বী, লৈনা, যুংনা অমস্তুং ফৈনা পরেং পরেং শেমত্নুনা শক্তমশিং অসি শীজিন্নৈ। মখোয়শিং অসিগী অহাঙবা শরুকশিংদা তীন, কাঙ, ঙা, উচেকনচিংবা থৱাই পানবশিংগী শক্তমদা শেম্বা মওং য়াওহল্লি।

পাম্বীগী মখোঙ শেম্বা মতমদা মখোঙগী কাশিং অসি মঙাদগীনা নিপাল ফাওবা মখল মাল্লদবা মচুশিংনা তোঙান তোঙান্না খায়দোকই। পাম্বী মথং মথং য়েকলকপা মতমদা মতোন ওইবা শরুক অদুবু মচা খায়না য়েকই। খোইগী মওঙদা শেমত্নুনা য়েক্লগা তীনগী শক্তম মালহন্দুনা থেক খোয়না চৎপগী মওংস্তু লৈহল্লি।

লৈ পাম্বী হৌহল্লগা পাম্বী তত্নুগী মনা মথং-মনাও নাইনা লৈহন্দুনা, মনুং মপানগী মনাস্ থায়দোক্লুনা য়েকলম্মী। মনাশিং অসিগী মনুং ইথং থংবদা পাম্বীগী ময়োলস্তু য়েকলম্মী। শীজিন্নৱিবা মনা অসিগুমদনা চীনাগী লৈরোং অয়াম্বদস্তু হান্ শাগৈনা পানবা (খ্রীঃনা পোকত্রিঙৈগী মমাং ২০৬ দগী শিরবা মতুং ২২০) মতমদা শীজিন্নৈ[৩]। ফুরিৎ অসিগী ঙকশমগী শরুক্তা লৈৱিবা শক্তম অসি

---

মফমশিংগী হায়বদি, মকোক, য়েৎকী খুদাং, থবাক অসিনচিংবদা অফ-ফত্নগী খুদম য়েংনৈ। উকায় কাপ্পা অসি লাই হরাওবা খুদিংগী মমাংঙৈদগী হৌনা লৈবাক নিংথৌ য়াওনা অফ-ফত্তবা খুদম য়েংবসি অমরোমদা খুৎ-চুম্বস্তু তান্নবনি। মৈদিংগু পামহৈবগী মতমদগী হিন্দুদা লাইমিং লৌখিবদগী হৌনা রাবন কাপ্পা হায়না চৎথরকই। অদুবু মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌনা হান্না চৎথরুদ্রবা কাক তানবস্তু অমুক চৎথবা হৌখি। উকায় কাপ্পা অসি চকপা খুঙ্গংশিং ফম্নেং-নচিংবা মফমদদি লাই হরাওবদা কাপলি।

৩ হিসা নাই "নিউ ফাইগুস্ ওফ এনসিএন্ট সিল্ক টেক্সটাইল্স" চীনা রিকন্সট্রক্সন, ভল্যুম XII মশীং ১ জানুয়ারী ১৯৬২ ইং।

ওইরোমদগী হৌদুনা য়েৎলোমদা চৎখিবা পাম্বী অমসুং তীন-কাঙগী মওংনি। ঙকশমগী য়েৎলোম মায়রোমদা কারল তৌদুনা অনিখক খোইগুম্না কোনশিন্দুনা শেম্বা শক্তম য়াওরি। য়াওরিবা শক্তম অসিবু কারল ওইনা ফোংচিন্দুনা মখাদা লৈবা শক্তম অদুবু হাইকেন্তং মথক্তা ফাওগৎহন্দুনা ফজহন্নবা শেমবনি।

ফুরিৎ অসিগী মরক্তা অশাংবা মনা মানবা থা মচেৎ শাদুনা নাকল নামতা হকপা য়াওরিবা অসিগুম্নদনা চীনাগী লৈরোং।শংগ্যু য়াম্না মান্নে[৪]। পাম্বীগী মখোক অসি অঙাংবা অমসুং নাপুদা য়াওথোকপা মচুনা মথং মনাও নাইনা থনদুনা শীজিন্নে। পাম্বীগী অকোয়বা মনিং মানবশিং অসি অয়াম্বনা অঙাংবা মচু শীজিন্নে। মসিগী মপূং ওইবা শরুক্তু নাপু মচু অমসুং নাপুদা য়াওথোকপা মচুনা শীজিন্নে। মীংকী শক্তম অনি লৈরিবা অসি মখাগীনা নাপু মচুদা য়াওথোকপা শীজিন্নরগা মপান্না অঙাংবা মচু শীজিন্নে। মপূং ওইনা শীজিন্নবদি অঙাংবা মচু অমসুং নাপু মচুনি।

পূম্না শক্তম অসি য়েংলুরগা থরাই পানবশিংগা মহৌশাগী খুৎশেমগা মরী লৈনবশিং অদুবু নিংশিংহল্লি। তীন-কাঙগী শক্তমবু লৌদুনা মখোয়গী মহৌশাগী খুৎশেমগী লমচৎ অদুবু নুংশিবা মতৌ উৎলি হায়বা ময়েক লানা উৎথোকই, লোযননা মতম অদুগী য়াংলবা য়াঙ্গুরোনবু খঙহল্লি। আর্টিষ্ট অসিনা করিগুম্বা শক্তম অমা য়েকপা মতমদা থরাই পানবনি হায়বসি কন্না ফোংদোকই অমসুং খুদিংমকপু থরাই হাপনিংই। উৎনিংবা অদুবু মপূং ফানা মহৌশাগী খুৎশেমগী মতুং ইন্না লৈবা লমচৎপু উৎথোক্লগা মচুগী মপূং ওইবা মীয়াম্না খঙনবা শরুক অমা মথন্তা হাপচীল্লগা মহাক্না ফোঙদোনিংলিবা অদুবু মপূং ফাহনদুনা মখাগী য়েৎ-থংবা মতাইদা উৎলি।

---

৪ মথক্কী য়াওফম অসিদগী।

## চীরোং শা-ঙা লৈরোং ফি

"চীরোং শা-ঙা লৈরোং ফি" * অসি লৈমা কুমুদীনিনা (খ্রী: ১৮৫০) মচানুপা চন্দ্রকীর্ত্তিনা জিলা (শিলচর) দরবার চৎপা মতমদা য়াইফবা ওইনবা হায়ডুনা ফয়েংগী শরাং লাইদা কৎলম্বা ফনেকনি। ফনেক অসিগী মশাদা থরাই পানবা তীন-কাঙগী শক্তম মানবশিংনা ফি অসিগী মশা পূম্বা পুমথুং থুংনা ময়েক থোকহল্লি। ফিবান্দা লোল্লিবা শক্তম অসি সেঃ মিঃ তরা পাকই, শা অমম্তুং ঙানি। শা অসি চুম্না লৈবগী মওঙদি ওইরগা ওই থংবা মখোঙ থাংগৎতুনা চৎপগী ফিবমনি। শা অসিগী মরৈস্তু তিংথোক্লি।

থংনরিবা অসিনা ঙাগী শক্তমনি। ঙাগী মমিৎ অসি অঙৌবা মচুনা মনুং থংলগা, কুম মচুনা মপান থংদুনা শীজিন্নৈ। ঙা মকোক্কী শরুক অসি অঙাংবা মচুনা শীজিন্নৈ। ঙা মশাগী অকোয়বা শরুকশিং অসি অঙাংবা ওইরগা মনুং থংবা শরুকশিং অসিনা নাপু মচু শীজিন্নৈ। শা অসিদা শীজিন্নবা মচুশিংদি অঙাংবা অমম্তুং নাপুনি, মখোয অসিনা মপূং ওইনা শীজিন্নৈ। শা অমম্তুং ঙা লোনবা অসি মণি-পুরগী কাচিন-কোয়াদা য়াম্না থেংনৈ। শা অমম্তুং ঙাগী শকওং খর-মখৈ খেন্নজরবস্তু চপমান্নৈ হায়বা য়াই।

## কনাপ ফনেক

অন্দ্রোগী পনম নিংথৌ লাইদা কৎলগা মীনা ফংজত্নুনা শেৎচবা ফনেক অদু "কনাপ" ‡ কৌই। ফনেক অসিগী মথক থংবা শরুক্তা থোকলিবা ময়েক অসি লিন্দু ময়েকনি। মখা থংবা অসিনা লং তারগা, শেম্লগা তোঙনা থম্বা (কোচিং ৱার্কস) মওঙনি। মওঙ অসি সেঃ মিঃ অনি মখায় পাকই। মচুনা হিগোকনি। মখা থংবদা লৈরিবা খোইগুম্না কোনশিন্দুনা শেমলিবা শক্তম অসিনা লিবগী ‖ থবকনি।

* ফয়েংদা লৈরম্বা। ‡ অন্দ্রো খুঙ্গংদা লৈরিবা।
‖ এপ্লিকিউ ৱার্কস।

মচুনা অঙাংবনি, সেঃ মিঃ মঙা পাকই। ফনেক অসি শাংবনা সেঃ মিঃ মরিফুতরামাথোই (খুৎয়েক ১৬) নি। ফনেক অসিগী মথক থংবা শরুকশিং অসি শাবদা ময়েক থোকপা ময়েকশিংনি। ময়েকশিংগী শক্তম অমসুং শকওংদি খোইগুম্না কোনশিন্দুনা থৱাই পানবশিংগা মরী লৈনহল্লি। ফিবান্দা লোল্লিবা শরুক অসিনা শা অমসুং ঙাগী শক্তমনি। ফিবান অসি সেঃ মিঃ তবা (খুৎযেক ১৭) পাকই।

মথক থংবগী অহানবা পরেং অসি মীতৈ ময়েক্কী "চ" (খুৎয়েক ১৮) মচেৎনি, থংনবা অসিনা য়োৎশবী মখোঙ অমসুং থংনবগী মথংমা ফুঙ্গাগী মওঙনি। মথংগী অনিশুবা পরেংদা উৎলিবা শক্তম অসি থম্বালনি থম্বাল অনিগী কারক্তা লৈরিবা অসি থা অমসুং খোইমুনি। মথংগী অহুমশুবা পরেংনা খোইঙাংনি। মরিশুবা পরেংনা কাংঙা অমসুং তুলসি অমুবগী মনানি। মঙাশুবা পরেংদা লৈরিবা শক্তম অসিনা উরানি। তরুকশুবা পরেংদা লৈরিবা অসিনা অ-ন-চি-নি, অহানবা থোৱকপা মচিনি। তেংবানবগী মপুনা তেংবানবা শেমগে নিঙলকপদা মহৌশা কৌবীবু হান্না শেম্মী। মসিবু নাউয়োমগী মশক ওইনা লৈহল্লি।

তরেৎশুবা শক্তম্না মুমিৎনি। মুমিৎকী কারক্তা লৈরিবা অসি মীতৈ ময়েক্কী "হ" নি। ফনেক অসিদা শীজিন্নবা মচুশিংদি, অঙাংবা, নাপু, অশংবা, অমসুং অঙৌবনচিংবা মচুশিংনি। "কনাপ ফনেক" অসি অন্দ্রোগী ফমনাইবশিংগী মচা নিঙোল মযুম পানদ্রিবীশিংনা পনম নিংথৌ হরাওবদা শেৎলি *। শেৎপা মতমদা ফনেক অমগী মথক্তা শেৎশিল্লি। ফনেক অসিগা কোম্বনা "নাহোং ফি" না খাও-ওন তৌই। "নাহোং ফি" শাবা হৌবা মতমদসু পনম নিংথৌ হরাওগদবা মতম য়োৱক্লবদা শান্নে। "নাহোং ফি" অসি পনম নিংথৌ হরাওবদা

* পনম নিংথৌ হরাওবা অসি, অন্দ্রো খুঙ্গংগী মী নত্তনা অতোপ্পা খুলশিংগী মী অতৈ চঙহন্দে। অন্দ্রোদা থবক্কী মতুংইন্না হান্না লৈবা, অন্দ্রোগী পানা অনিদা য়াওদবা শাগৈ ওইরবদি, হরাওরিবৈগী মমুংদা অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা চৎথোক্তুনা লৈনৈ।



খুথয়েক ১৪, রাথোক ফি

মথক্কী খুংয়েক ১৩ দা উংলিবা অসিদগী শরুক খবদং লৌথোকতুনা উৎপা।



খুৎয়েক ১৫, চী:বোং শা-ডা লৈবোং ফি
খ্রঃ ১৮৫০



খুৎয়েক ১৬
কনাপ ফনেক, ১৭শুবা চহি-চা



খুৎয়েক ১৮

কনাপ ফ.নেক,' ১৭শুবা চহি-চা



খুৎয়েক ১৭

কনাপ ফনেক, ১৭ শুবা চহি-চা



খুৎয়েক ১৯

শাসবা ঙাসবা ফি, ১১ শুবা চহিং চা



খুৎয়েক ২০

ঙাংলরাইদা লৈবা ফি

১১ শুবা চহি-চা

খাওওন ওন্দূনা শীজিন্নবদ নত্তনা অন্দ্রোশিংগী শিবা মতমদসু মরু ওইনা চঙদবা য়াদবা ফি ওইনরি*। শিরবা নুপা নত্রগা নুপী অদু য়ুমগী মপান্দা থাংদোকখ্রিবগী মমাংদা লুখুমদা চৈ অনি য়ুংদুনা "নাহোং ফি" অসি য়ানদুনা থম্মী। অশিবা মশা অদুবু কুদা হাপ্তুনা মং তান্না পুবদগীদি, 'নাহোং ফি" অদু ফিবুল তাদূনা মরাইবক্তা থমই। অশিবা হকচাং অদু মৈ থাগ্রবা মতুংদগী "নাহোং ফি" অদু য়ুমগী অশিথোঙদা য়াল্লি। নোংঙাল্লবা মতুংদগী, অশিথোঙদগী লৌথোক্লিবা "নাহোং ফি" অদু ওই-থংবা লেংবান্দা য়ানদুনা মং তান্না পুবগা, মংগী লুখুমদা অমুক যানগনি। লোয়ননা চাক ইকপসু (কেগামদা চাক হাপ্লগা মৈ থাবা) তৌগনি। অশুম্না "নাহোং ফি" অমদি চাক ইকপা অসি নোংমদা অনিরক হাযবদি অমুক অমদি নুংথিলদা মংদগী অস্তুম অস্তুম মফম হোংদুনা শোরাৎ মুমিৎতা (নুপীনা ৬নিদা, নুপানা ৫নিদা) অশিবা ইমুংগী থোঙজিন মনুংদা মৈ ইক্কনি। ইকপা লোইরগা ফুঙ্গাদা হৈজিনগনি।

**শাস্ত্রবা-ওাসবা**

ফি অসি মোইরাংগী থোইবীনা সন্দ্রীকচনিং থোম্বীগা ফি শাবা তান্নবদা থোইবীনা শাখিবা খিংনি হায়না হৌজিক ফাওবা অহল-লমনশিংনা থাজনরি অমস্তুং ৱারীনর্বি, (খুৎথেক ১৯) মপুং ওইনা ফি মচেৎ মাপলনা তাইশিন্নদুনা ফি মপূং অমা শেমবনি। তরুকশুবা শরুক অসিদা ফি মচেৎ য়াওরিব অসি থাব্রগা ফি মচেৎ চামা

*পনম নিংথৌনা (নামা সাফবা) ববো নিঙোল অমবু লৌই হায়না অন্দ্রোগী অহল-লমনশিংনা ৱারীনৈ। পনম নিংথৌগী মনাও নুপা নামা সাথিবনা মতৈমবু পাম্বদগী লোন্না, থুপ্না হেন্না কাপতুনা হাৎলগা শবোম লোক্তা ফুমখি। ববো নিঙোলনা লৈশুং চনগ্রবা মশাবীগী হবচাং অদুবু লৌথোক্তুনা "নাহোং ফি" না পোদ্দুনা পুখি। পুখিবা "নাহোং ফি" অসিগী মতুংইন্না অন্দ্রোশিংনা শিবা মতমদা চঙদবা য়াদবা ফি অমা ওইনরিবনি।

য়াঙৈখেমরি থোক্না তাইশিন্নদুনা শেমবনি। মরি অমসুং নিপালগী অকোয়বা শরুকশিং অসিগী মনুংদা থোকলিবা ময়েকশিং অসি অকোয়বা কয়ামরুম শেমলগা কোয়রিবা অদুগী মনুংদা "শানা" চোংবগী শক্তম য়াওহল্লি। অকোয়বশিং অদুগী অহাঙবা কারকশিংদা লৈ অমমমনা মেনশিল্লি। অকোয়বা অমগা অকোয়বা অমগা তাইনবগী ময়াই থংবা শরুক্তা অকোয়বা মচা অমমম লৈহল্লি। থোক্লিবা ফিবুং অসিদগী মচেৎ মচেৎ ককথৎতুনা মরি অমসুং নিপালদা তাইশিন্নদুনা ফি মপূং অমা শেম্বনি। মশীং অমগী ময়েকসু খোইগুম্না কোনশিনবা মওংনা মপূং ওইনা শেম্বা শক্তমনি। মশীং অমগী ময়েক অসি নাপুদা অঙাংবনা ময়েক থোকপনি।

## ঙাংখ্র লৱাঙ্চা লৈনবা ফি

ফিশাদা য়াওরিবা ময়েকশিং অসি তোঙান তোঙানবা ফি মচেৎ তরাহুমদোইনা তাইশিন্নদুনা মপূং ফাবা অমা শেমবনি (খুৎয়েক ২০)। মপূং ফাহল্লিবা মচেৎ তরাহুমদোই অসিগী মনুংদা অনম্বা ফি, অরোনবা ফি অমসুং ইচম চম্বা ফিশিং য়াওরি। অনম্বা ফিশিংসি চীনানচিংবা লমদগী চঙশিল্লকপা ওইগনি। মসি খাগেম্বা নিংথৌ হাক্তকী খৃঃ ১৫৯৭ মমাংদা নক্রগা মহাক্কী মতমদা চঙ-শিল্লকপা ওইবা য়াই। মসিগী মমাংদগী ফিশাদি অদুম্মক লৈরবনি। ফৎলক্তবা শরুক য়াওরকপা মতমদা মথক্কী অনম্বা ফিশিং অসি শিনজিনখিবনি।

মশীং অমনা অহাঙবা ফি, মশীং অনিনা অনম্ব, অসিদ নত্তনা মশীং মরি, তরুক, মাপল, তরা, তরামাথোই, তরানিথোই অমসুং তরাহুমদোইসু অনম্বনি। মশীং অহুম্না মীতৈরংগী অপোবা, অরনবা (সেঃ মিঃ অনি মখায়গী মনুংদাময়ুং অমসুং মফেন্দা লংশীং কুননিথোই রাম লৈ)। হিগোক মচুদা নাপু মচুনা লিবনি (খুৎয়েক ২১) মশীং মঙা অসি কাব্রংগী নাপু মচুদা খরা লৈশীনবা নাপু মচুনা লিবনি, (খুৎয়েক ২২) লিরিবা শক্তম অসিগী মনুং থংবদা য়াওরিবা মওঙসি থরাই পানবা করিগুম্বা মওঙগী ফিভম ওইগনি। মশীং তরেৎ ময়েক থোকপা ফিনি, মশীং নিপাল অহাঙবা ফিনি। ফি অসি মোইরাংগী থোইবীনা লোল্লম্বনি।

# ঈনাৎকী খুদমগা মরী লৈনবা

Social and Religious aspect

ঈনাৎপু মশক উৎপসি পাঙথোক্লিবা থৌরমশিং অমদি মখোয় অদুগী থৌওং অমসুং খুদম অমমমনা পাঙথোকই। উৎথোক্লক্লিবা অদুনা মখোয়গী মনাৎ অদুবু মশক খঙহল্লি। মনাৎকী খুদমশিং অসিবু মখোয়গী হৌরকফম অমদি লাইনিং লম্বীগা মরী য়াম্না নক-শিন্না থমনৈ। লাইনিং লম্বীনা অহোংবা মতম লাক্লবদসু, লাক্লিবা লাইনিং লম্বী অদুগা চুশিন্নখিদুনা ঈনাৎকী খুদম অদুবুসু শীজিন্নশিল্লি।

উমং লাইশিং* অমদি লাইনিং লম্বীগা মরী লৈনবা থৌরম অমা পাঙথোকপদা "সেকপিন" (ছত্র) অসি কৎনরম্মী। মমাংঙৈগী মতমদদি "সেকপিন" অসি অকক্লবা ময়েক খরা লৈরম্মী হায়না মাইচৌশিংনা ফোঙদোকনৈ। মতমগী মতুং ইন্না নোংমা নোংমগী

---

*উমং লাইগী খুবম অসিনা ঐখোয়বু উহল্লি। তাইবঙপান হায়বা অসি অনিগী তাইবঙনি হায়বা তাকলি। উমং লাই হরাওবনা অরান-খুবম ওইরি। অরান-খুবম ওইবগী মরমদি, থৌওং অসিদা মী শারকপগী য়ারী য়াওই। উমং লাই হায়বসি করিনো? রাখল কয়াগী মনুংদা তাইবঙ মপুগী লিখুন খঙননবা মপু মহাক্না উমং লাই হায়না ফোঙবীরি। তাইবঙ হকচাংগী মনুং কৌবা কংলৈরোম্না খুবম য়াববু উমং লাই কৌই। শমনা হায়রবদা লাই হরাওবগী ফুরুপ অসিনা কয়ম্না চাওখৎলকপগে হায়বা খঙবা ঙমই। অদুবু মতম কুইনা লাৎলকলিবা উমং লাইগী লাইশঙ মখৈ লাংবন থাদা খ্রীষ্টাব্দ ১৭২৩ দা শীদোকখি। "অরিবা মণিপুর সাহিত্যগী ইতিহাস" লামায় ৩৭।

মখল-মথেল কয়াগী ময়েক লৌদুনা শিনজিন্নখরে। "সেকপিন" গী মথোলশিং অসি অকরুবা মশীং খরদা শীজিন্নৈ, মদুদি মথোল অহুম, মঙা, তরেৎ, মাপলনি। মশীং পীরিবা মথোনশিং অসিনা খঙহল্লি— মশীং অহুম্না, মঙাং, লুৱাং, খুমন য়েক অহুমবুনি। মসিগী মশাদা তোঙান-তোঙানবা ৱাখল কয়া অময়ু লৈ। মশীং মঙা, তরেৎ, মাপলসু য়েক-শল্লাইবু খঙনৈ। "সেকপিন" গী ৱাহস্তোকসি, মশক অমনা মশক অমবু ঙাকপবু কৌই। মসিনা ঈনাৎপু ঙাক্কুনা থমই। টাইলেন (থাইলেণ্ড) দা "সেকপিন" গুম্না মথোল তরেৎ অসি শীজিন্নৈ[১]।

ঈনাৎকী শক্তম অসি অহোংবা খরা মখেদি লৈ। মসিগী হৌরকফমদি মীতৈগী চৎনবী (কস্তম) মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপগী মমুংদা অহানবা অমসুং অহুমশুবা চৎনবী অসিনা ওইবনি। ১। নিংথৌতগী ওইনা মহাক্কী অপাম্বা অদুবু খুনায় অসিনা ঙাকপীবা। ২। মশাগী ওইনা হেক্তা শোকউবদা অমাঙবনা হেনজিল্লকপা। ৩। করিগুম্বা অপাম্বা মিহৌবদগী নিংথৌনা শেমজবা। অহুমশুবা মখলগী চৎনবী অসি চুরাচান্দ মহারাজগী মতম খৃঃ ১৯১৩ দা তোকখি[২]।

"থাককল হায়বা অসিসু ঈনাৎকী খুদম খঙহনবনি। থৌরম খুদিংমক্তা লাইনিং লম্বীগা মরী লৈনবদা শীজিন্নৈ। "সেকপিন" দা অকরুবা মথোল লৈবগুমলদনা থাককলদসু মশীং অহুম, মঙা, তরেৎ শীজিন্নৈ। থাককলদা মথোল অহুম শীজিন্নরিবা অসি মঙাং, লুৱাং খুমনবুনি। ব্রম্মীজশিংসু থাককল অমসুং সেকপিন অসিনা মখোয়গী মনাৎপু মশক তাকই। মখোয়না মথোল অমদগীনা তরামাথোই ফাওবা শীজিন্নবা য়াই।

শিরগা মৈ থাবা মতমদসু থাককল অসি শীজিন্নৈ। মী শিরগা মৈ থাবা অসি খৃঃ না পোকত্রিগৈগী মমাংদগী হৌনা চৎনরে। মদুগী,

১ "লেন এণ্ড পিপল ওফ থাইলেণ্ড"

২ আর্টস এণ্ড ক্রিপ্ট একজিবিসন, শ্রীবার (কাছার) তাং ১২।১।৭২ ইংদা ঙারিয়াম্বম কুলচন্দ্র পণ্ডিতনা ডেলিগেট সেসন্দা ঙাঙখিবা।

খুদমদি, "চক্‌প কয়তোং পাখং-ও মৈবী তাঙ্গোই পাই, মৈথু নোংলোল কাব অসিবু করি মৈনো ? হেম্ব পুচেংমৈ, চেকায় কাকুপ মৈ, চন্ন তাংশোই মৈ. লোইমোম পোপতেক মৈ, ফুদিং নোংলোল মৈয়া পাংওহংববু, হোয়দা ঈয়ুৱা চিঙখোঙ পোইরৈতোন-ও অইয়ীক হেমজেং ফুয়ীক মৈ, চন্ন তাংশোই মৈস্সু নত্তে। চকপ খমপোকমৈ, লৈম ফাললগুঙম্বী মপারি শাংফুরাইববু খারা খুংয়োল থান নোংমল্লে। অইয়ীম চকপ মীয়ীকমৈ হেমজ্ঞং মীয়োমৈনে" । (পোইরৈতোন খুন্থোকপা)।

ফম্ন থাদোক্লবা অঙম্বনা শিবদা লৈবাক-ঙাকলোন পায়রিবশিংনা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা মশা অহু পোংলোইনবা কাইরেংগ কাইজাও (কাইলেন কাইচাও) শেমহনা পুখোকনৈ। পোংলোইবা মতমদা ৱা মরি য়ুংহনা থক্তা থাক্‌কল খল্লিবা অসিনা থক্তা ঐখোয়বু শেম্বীবা মপু অমা লৈ হায়বগী ৱাফমবু খঙহল্লিবনি। থাক্‌কলবু ৱানা মখোঙ মরি য়ুংহনা শেমলিবা অসিনা মাইকৈ ঙাকপা লাই মরিবু খঙহল্লি। কূ থম্নবা শিঙ শেম্বা মতমদা উচুক তরুক য়ুংলিবা অসিনা চহি অমগী মন্নুংদা পান্থা (ঋতু) তরুক লৈবা অতুবু উৎলি। শিংখন তরেৎ শেমলিবা অসিনা মুমিং তরেৎনিগী চয়োল অমবু ফোঙদোকই অমস্থুং চয়োল অসিগী মন্নুংদা থরাই পানবা খুদিংমক পোকই অমস্থুং শি হায়বা ৱাফমবু ফোঙদোকই।

ঈনাৎকী খুদম অসিতনা য়ুমফম ওইহনা মীতৈশিংনা পুন্সিগী হিংলিবা থৌরম খুদিংমক্তা অতোপ্পা মনাৎ অমনা ফুজিল্লকখ্রবস্সু চেক্তা চেকশিল্লক্লবা মতমদা থায়নগী মপা-মপুনা তৌনরক্লিবা অমদি চৎন-রক্লিবা ঈনাৎতু ঙানথোরকই। মসিগী মতেঙনা মখোয়গী মনাংকী হৌরকফমস্সু খঙহল্লি। মীতৈশিংনা লৌরিবা বৈষ্ণবিজম লাইনিং লম্বী অসি মমাংঙৈগী মীতৈগী চৎনবীগী মথক্তা মচু তৈশিনবনি।

উমং লাইশিংদা চহি খুদিংগী ( নক্ষত্রগা নিংথৌরোল খুদিংগী ) লৈবাক নিংথৌনা য়াইফনবা হায়হনা মাইচৌ লোইশঙনা ফি চনিদগী

তাদনা কৎলি৺। মতম অমদদি মীচমশিংনা অখন্নবা উমং লাই খরদা ফি কৎপা অসি নিংথৌনা থিংলমই। মরমদি ফি কৎলিবা অসিনা নিংথৌগী খুবমবু শিনগদৌরিবনি হায়না থাজনরম্মী। লৈবাক খুঙ্গাও -লৈচাওনবা, চাকহোঙ-ভাহোঙনবগীদমক ঐনা ইনবা মানা ইনবা অতুবু লাইদা কৎলগা ফিশিংনবা, হরাও তৌদাওবদা হুম্নি ফিশিংনবা, হায়বদি, লংহৌ ফনেক নত্রগা থম্বাল মচু ফনেক অসিনচিংবা পুখৎনরগা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাদা থাতুনা মাইবীশিংনা শরিক খুত্তা পায়তুনা লৈরোং ফিশিংনববু কৎলগা পুন্সিগী য়ুম্বানবগী লম্বীদা পুন্সি শাংনা পানজগে অমসুং ইচা-ইশু ফংনা পানজগে হায়বগী চরৈ ফি অতুবু নিতুনা শেৎনৈ।

লাই ঈকৌবগী শক্তম্না লাই ঈকৌবদা য়াওরিবা ঈশাইফুনা কুরুনা শেম্বা তাইবঙ অসি চফুগী মওংগুম অতুম্বা পোৎনি হায়বা উৎলি ঈশাইফুগা লৈয়োমগা অনি তূনা তিংলিবা হিরী, লংনা তাইবঙ লানবদা লৈরিবা পোৎ পুন্নমক অসি অমগা অমগা চিংশিন্নবগী পাঙ্গল মর্নানা ফাতুনা লৈবগী ফিবম তাকপনি। লাই হরাওরমদাইদা ঈশিংদগী লাই ঈকৌবা অসিনা তাইবঙ পানবা অসি শেমত্রিদৈদা ঈশিং তরঙদা লাইনা লৈরমই, তাইবঙ পানবা শেম্লগা কংফান্দা কাখৎলি হায়বা তাক্লি। অতুগা ঈকৌবা মতমদা মাইবীনা লৈয়োম অনি পুন্না পায়শিন্দুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাগী ঈশাইফুদা তোপ্পা তোপ্পা হাপ্পনা মতোমতা লৈরম্বা কুরুশিদবনা অনি চোংথোক্তুনা তাইবঙপানবা শেমখিবা অতুবু তাকপনি৪।

অন্দ্রোগী পনম নিংথৌ হরাওবদা ঈশৈ নিপাল শকই মথোইশিং অতুদি, চেঙগৈরোল, লৈম্নংহাই, সংম্নুহাই, য়ুরুংহাই হুমাইয়া, ম্নংসাটেম, হেলোইয়া অমসুং ঔগ্রী হংকেন্নি। পুরৈরোম্বা হরাওবদা শকপা ঈশৈ

৩ মাইচৌ লোইশঙ (পণ্ডিত লোইশঙ), স্না কোম্নঙ মণিপুর।
৪ ডারিয়াম্বম কুলচন্দ্র পণ্ডিত "মৈতৈ লাই হরাওবা"।

চেংগৈরোল, চকচরোং অমস্থং ঔগ্রী হংগেননি। ঈশৈশিং অসিদা চাকহোঙ ঙাহোঙনবা, মীওইবনা অহানবা য়ুমদাবা হৌবা, অসিনচিংবা অসি ঈশৈদা চাওখৎপগী মশক ফোংদোকপনি। পনম নিংথৌ হৱাও-বদা শঙলেন্দা লৈরিবা খোঙ অহুমদা শূক তন্নেৎ তরেৎনা খুজিং ওইদুনা শুরগা মখাগী অশুম্না খুমই, হৈ, হে, এ·········ঈশৈ হনবা অমনা মখাগী ঈশৈ অসি শকই :—

হাংমিয়ো এ · ······লাইনিংথৌ খোংবু শুবদি
খুনচাওনবা শুবনে, খূলহোঙনবা শুবনে, লৈবাক
মরা তান্নবা, নিংথৌ মফম চেৎনবা শুবনে,
তেকপী ওককোন থন্ননবা, কাইরৈ য়েনগোন
থন্ননবা শুবনে······ ······ ······।

---

# আর্টকী শকওং অমসুং শক্তম

## ১

নোংদা লাইরেম পাখংবনা পানবা হৌবা খৃঃ ৩৩ দগী খৃঃ ১৫৪ ফাওবদা শা-উচেকমচিংবগী মশক লৌহনা লাই ময়েক কয়ামকম্না য়েকপা অমদি শাবা হৌনয়ে[১]। খৃঃ ১৫৪ দগী খৃঃ ২৬৮ ফাওবগী মন্থংদা পুন্সু য়ানফক ফিগী ময়েক পুথোক্তুনা য়েকয়ে[২]। খৃঃগী মতুং ৪২৮ দগীনা ৫১৮ ফাওবদা তুবী লাইরেন হংকোক্কী মউনগী ময়েক য়েকপা হৌরে অমদি ফিদা হাপ্তুনা শানয়ে[৩]। খৃঃগী মতুং ৯৬৯ দা মৈদিংগু য়াংলো কৈফাবনা পানবা মতমদা ফনেক ফিবান্দা খোই নোনবা হৌদোক্লে[৪]।

মণিপুরী আর্টকী শক্তমশিং * পুন্নমক চ ওবাক্না মখল মরি থোক্না খায়দোকপা য়াই। অহানবা, খোইগী মওংদা লৈবা শক্তমশিং অনিশুবা, অকোয়বী অমগী মন্থংদা শক্তম লৈহনবা, কোযরিবা অতুগী

---

১ ওঃ ভোগেশ্বর "নিংথৌরোল শৈরেং"

২ "চাদ লাইহুই"

৩ মথক্কী য়াওফম অসিদগী

৪ "চৈথারোল কুম্বাবা"

* নৈনজরিবা আর্টকী শক্তমশিংসি, পথাংকোক-পুথাংকোক্কী হৌনা উমং লাইশিংদা কৎনরম্বা ফিশিং, নিংথৌনা মনা ফি পীরম্বশিং অমসুং মমাংৈঙগী মতমদা শীজিন্নরম্বা ফিশিংদা য়াওবা ময়েক-মশোল অতুবু নৈনজবনি।

মথং মথং তাইনবা অতুগী অহাঙবা শরুক মেনশিনবা। অহুমশুবা মথক্কী শক্তমশিং অসিদগী মচেৎ মচেৎ থুংগাইরগা মপাক্কগী চঙশিল-লকপা মওঙগী ফীবম শাগংতুনা শেম্বা। মরিশুবা, থন্নাই পানবশিংগী ফজববু লৌশিন্দুনা যেকপা। হাযারিবা অসিসু অহানবা শক্তম অসিদা পুশিল্লরুবা কন্না হোৎনৈ অমসুং পুন্নু পুশিল্লকই। অহানবগী শক্তম অসিনা পীকলবদা সেঃ মিঃ মখাইদগীনা সেঃ মিঃ ১৭ ফাওব, চাওনা শীজিন্নরম্মী। অনিশুবা শক্তমনা, সেঃ মিঃ ৪ দগীনা সেঃ মিঃ ১৪ ফাওবা শীজিন্নরম্মী। অহুমশুবা শক্তম্না, সেঃ মিঃ ৫ দগীনা সেঃ মিঃ ৯ ফাওবা শীজিন্নরম্মী। মরিশুবা শক্তম্না অপিকপা অমসুং অচৌবগী মওং অসি য়াম্না পীকপদগীনা য়াম্না চাওবা ফাওবদা শীজিন্নবা থেংনৈ।

মীতৈশিংনা শীজিন্নবা খোইগুম্না কোনশিনবা শক্তম অসি চৌডাইন্সেটি (খৃঃ মমাং ১০২৭ দগী শিববা মতুং ২২১) অমসুং নিত্তলি-থিক্কী (খৃঃ মমাং ২৫০০) মীওইশিংসু শীজিন্নবম্মী[৫]।

টেল হলাপ ঈনাংতা অকোয়বা শক্তম অসি খৃঃ না পোকত্রিঙৈগী চহি লিশিং মরিগী মমাংদা শীজিন্নবগী খুদম সাইরিয়াদা ফংই[৬]। অকোয়বা শক্তম কয়ামকুম পরেং শানা থমলগা কোয়বিবা অতুগী মন্নুংদ শক্তম কয়ামকম পযেং শানা থমলগা কোয়বিবা অতুগী মন্নুংদা শক্তম থম্না অসি মোহেনজাডাবোগী মীশিংসু (খৃঃগী মমাং) শীজিন্নৈ[৭]। মেডিটর্রেনিযান চীংমীশীংগী মমাইগী খজাইদগী হৌদুনা খোইগুম্না কোনশিনবা মও অসি যেবাশিন্নি[৮]। অগুম্না কোনশিন্দুনা শীজিন্নবা মওং অসিমক মণিপুরদা লৈত্রগস্সু শকওংদি মান্নবা লৈ। খোইগুম্না

৫ প্রীহিষ্টরিক প্রীমিটিপ মেন।

৬ ডাঃ হৈনজ মোড "দি হারাপা কলচর ওফ দি রেস" লমায় ৯

৭ ইন্সাইক্লোপেডিয়া ওফ ৱার্লর্ড আর্ট ভ্যলুম III

৮ সাইন্স টু ডে, নবেম্বর ১৯৬০ ইং।

কোনশিনবা শক্তম অসিনা মপুং ফানা ফজবা শক্তম অমা ওইনা শেমহুনা নরসিং নিংথৌনা থকলথ্বা হিদাকফু থম্বাল শাবদা লুপানা লৈরোং হুক্কুনা হাপলম্মী *। খোইগুম্না কোনশিন্দুনা শীজিন্নবা, খোইগুম্বগী মওংদা য়ুমফম ওইবা মীতৈ আর্ট অসি য়াম্না লিরবা থায়নগী আর্টকী চাওখৎপগী খুদম্নি। আর্টশিং অসিনা মতম শাংথনা অশুম হোংদোক্তনা শীঙিম্নহুনা লাকই, লৈবাক-খুনায় অসিনা আর্ট-শিংদা মখোয়গী পুন্সিগী লম্বীবু শরুক কয়ামরুম থোক্না থাম্নদোক্কুনা থাজবা কয়ামরুম চৎনবীনা পুন্দুনা লৈরম্মী। শক্তমশিংনা হোংলবদি থাজরিবশিং অত্থু মাঙখি। মরম অসিনা থাজরিবা থৌরম অত্থবু হেন্না চেৎশিন্নবা হোংদোক্তনা থম্বনা থায়নগী পোৎপু লৌশিন্দুনা থম্বা অমা ওইরকই। হোংদোক্তবনা মখোয়গী লৈবাক-খুনায়গী শক্তমবু ফাজিন-হন্দুনা থমই।

মীওইবগী মীৎয়েংদা অহানবা থোরক্কুনা য়েকপা হৌবসি অকোয়-বীনি। অফৈবা নত্রগা মালেম লৈমায়গী লৈই অসিনা অনিশুবা মীৎয়েংগী পোৎথোকনি*। অনি অসিগী চপ চাবা খুদমদি মীতৈ মুপীনা শেৎনরিবা "ময়েক নাইবা, অকোয়বী ময়েক লোনবা" ফনেকনি। মীতৈ আর্টিষ্টশিংনা ফনেক্কী ফিবান্দা অকোয়বা ময়েক হাপলিবা অমদি অকোয়বা (অকোয়বনা কোয়শিন্দুনা শেমলিবা ফিবান) শীজিন্নরিবা অসিনা মখোয়গী মহৌশাগী ওইবা খুৎশেম্না কোয়শিন্দুনা লৈবাবু উৎলিবনি অমদি পংখৈ লেপ্পনি। মমাংঙৈগী মীনা শিজিন্নরমবা চফু মণিপুরদা ফংই, ফংলিবা অসিদা অকোয়বা মওং কয়ামরুম ময়েক হাপ্পা থেংনৈ। সংস্কৃত রাহৈদা 'মণ্ডলা' হায়বা অসি ইচম চম্বা অকোয়-বিবু খংনৈ। মসিনা পাঙথোক্কদৌরিবা খুদিংমক্কী অহৌবনি। চীনা-গীশু সনাগী লৈ (গোল্ডেন ফ্লাবার) অসি ইচম চম্বা অকোয়বীবু

* কাছার ডিসট্রিক্কী রানিপুর খুলদা লৈরিবা
৯ ড্রেস ইন আর্ট "কষ্টম ওফ ইণ্ডিয়া এন্দ পাকিষ্টান।

খঙনৈ[১০]। মীতৈগী খোইগুম্না কোনশিনবা শক্তমশিং অসি অহানবগী অকোয়বী শক্তমগা থোইনা খেন্নবা নৈতে। অকোয়বীদগী খন্না লৈথরকপা খুৎয়েকনি। খোংজাই কাঙলুপশিংনা মখোয়গী কৈথেলশিংদা শা, কৈ উচেক নচিংবা হাৎপগী শক্তম কয়ামরুম হকই। মতুগী মতাই মতাইদা অকোয়বা ৬ নত্রগা ৭ না খুজিং ওইদুনা য়াওহল্লি। য়াওহল্লিবা অকোয়বা অসিবু সেনপুং কৌই। শা, কৈশিংগী শক্তমশিং য়াওহল্লিবা অসিনা হাৎথিবগী খুদমনি। সেনপুংনা মখোয়গী লমনি হায়বা তক-পনি হায়বা আর্টিষ্টশিংনা পল্লি। সেনপুং হায়বা অসি মীতৈশিংনা শীজিন্নরিবা লাই হরাওবদা য়ৈনবা অতুগা অমত্তনি। অকোয়বা শক্তম শীজিন্নবা অসি তাঙ্খুলশিংগী য়ুমগী মমাং-থংবা ফক্লাংদা হক্তুনা য়েকশিন্দুনা শীজিন্নবা অসি উবা ফংই. অসিবু তাঙ্খুলশিংনা য়ুং কৌই।

খোইগুম্না কোনশিনবা শক্তম্না য়ুমফম ওইহল্লগা মখল কয়ামরুমগী শক্তম কয়ামরুম য়েকনরম্মী, মখোয়শিং অসিবু অফেবা লৈইনা মপুং ফাহন্দুনা মীৎয়েংগী অনিশুবা পোৎথোক ওইহল্লি। অকোয়বী মওংনা মথং মথং থমতুনা শেমবগা খোইজাও ময়েক্কা নকশিন্নৈ। অকোয়-বীনা মথং মথং থংনতুনা শক্তম অমা শেমবদা অকোয়বীগী কারকশিংগী অহাঙবা শক্তম অমা মেনশিন্দুনা শীজিন্নবা অসি মথক্কী অসিগী অনিশুবা য়েকপা হৌবনি হায়বা লৌগনি। লোথাল-দগী ফংবা খরুংদা য়েকপা অতুসু অকোয়বী ময়েক্কা য়াম্না মান্নৈ। অকোয়বী অতুগী মমুংদা তেঙগাসু হাপ্পী অমসুং ময়াইদগী অকোয়বা অমনা কোয়শিল্লি[১১]। মীতৈ ফনেক্কী অকোয়বীগী কারক্কা লৈরিবা তেঙগা অতুসু মথক্কী অসিগা মওং অমত্তনি। মেডিটরেনিয়ান

১০ প্রীমোডেল ইমেজ ইন দি চাইল মাইন্দ "ইজুকেসন থ্রু আর্ট

১১ "আরকেলোজি ইন ইণ্ডিয়া" পব্লিকেসন ডিভিজন, ভারত সরকার ১বা ফোংবা ১৯৫৮ ইং

কোটোহিষ্টরী অমসুং মেলানেসিয়ান ঈনাৎশিংগন্নু মংকী মও শিং অসিগা য়াম্না মাম্নে[১২]।



খুৎয়েক ২১
১৮ শুবা চহি-চা। কেৎথৌজম লাইবেম্বীদা কৎলম্বা ফনেক্তগী চপ চানা শিন্দোকপা, ১৯৬৮ ইং



খুৎয়েক ২২
১৭ শুবা চহি-চা। মথক্কী লাইফম অসিদা কৎলম্বদগী চপ চানা শিন্দোকপা, ১৯৬৮ ইং।



খুয়েক ২৩
১৮ শুবা চহি-চা। কোন্থৌজম লাইরেম্বীদগী ফংবা, চপ চানা শিন্দোকপা. ১৯৬৮ ইং।

---

১২ "ইন্সাইক্লোপেদিয়া ওফ ৱলর্ড আর্ট ভ্যলুম IX।



খুংযেক ২৪

১৭ শুবা চহি-চা। লমদেংদগী ফবা ফনেক্তগী চপ চানা শিন্দোকপা

এপ্রিল ১৯৬৮ ইং।



খুংযেক ২৫

১৮ শুবা। চহি-চা লমদেংগী লাইখুবেম্বীদা কৎলঙ্গা ফনেক্তগী চপ

চানা শিন্দোকপা ১৯৬৮ ইং।



খুংযেক ২৬

১৯ শুবা চহি-চা। ক্লাক তানবা যাওবা অঙম্বা অনী কোমেত্তগী

শিন্দোকপা তাং ২১। ১১। ৬৯ ইং



খুৎয়েক ২৭

১৭ শুবা চহি-চা। লমদেংদগী ফংবা নিঙখমদগী চপ চানা শিন্দোকপা ১৯৬৮ ইং।



খুৎয়েক ২৮

খৃঃ ১৮৫০, ফয়েংদগী ফংবা "চিরোং শা-ঙা লৈরোং" ফিদগী শিন্দোকপা।



খুৎয়েক ২৯

১৭ শুবা চহি-চা অন্দ্রো খুঙ্গংগী "কনাপ ফনেক" তা চপ চানা শিন্দোকপা, ১৯৬৯ ইং



খুংয়েক ৩০

১৭ শুবা চহি চা "কনাপ ফনেক" তগী শিন্দোকপা ১৯৬৯ ইং

নিওলিথিক্কী (খরা চাওখৎপা হুণ্ডী যুগ) চফুশিংদসু মথক্কী মওং অসিগা খেন্নবা থোইনা লৈতে[১৩]। অহুমশুবদা অকোয়বীগী কারক্তা হাপলিবা শক্তম অসি খরা খরা থাপ-তোক্লরক্লগা মরক্তা শক্তম অমুক শীজিন্নবা হৌই। মসিনা অকোয়বী মওংদগী থাপতোক্লরকপা শক্তম অমা হাপচিন্দুনা শীজিন্নবগী অরোয়বা পোংথোকনি। অকোয়বী শক্তমনা মথং মথং থমহুনা শীজিন্নবা অসিসু চীনাগী মুগাগী ফিশিংদসু (খৃঃ ৫৫১) শীজিন্নে[১৪]। ফনেক্কী ফিবুং (অপৈবা লৈইশিং) অসিগী মখাদা অকোয়বী শক্তম হাপ্তুনা শীজিন্নবা অসি মমাংগৈগী চাওখৎলম্বগী মমি তাবনি অমসুং আর্ট অসিনা ঈগী কাণ্ডলুপ্পু মশক তাকপনি। মহৌশাদগী লৈবাক অসিগী চাওখৎপবু য়ুমথংনবা কবোনা কল্লকলমই, পান্নরম্মা। মখোয়না লান্দারক্কগা মী কাহুনা পুখ্রুগা মখোয়গী লৈবাক্তা পাওনা (বামোন পুরোহিত) হাপনা লৈফম পীহুনা কোম্মুং মনাক্তা নিংথিনা থমই। গৌজিকমকসু মণ্ডলে কোম্মুং ময়াদা মীতৈগী থুল লৈরি। মখোয়গী লাইশঙনচিংবা নিংথিনা শাহুনা থম্মী[১৫]। কোম্মুংগী করিগুম্বা অমা পোরকপদা পাওনাশিং অসিদগী মত লৌরবই। মণ্ডলে কোম্মুং ময়ামদা

---

১৩ "চাইনিজ সিভ্লাইজেসন"

১৪ "নিউ ফাইন্স ওফ এনসিএন্স সিল্ক টেক্সটাইল" চীনা রিকন্সট্রকসন ভাঃ XIi জানুয়ারী ১৯৬২ ইং।

১৫ "পোইরৈ সনা লৈবাক"

নত্তনা ব্রম্মাগী মফম অতৈদস্মু মীতৈশিং খুন্দাহুনা লৈরী*। ব্রম্মাদা হৌজিকমক মীতৈ কাংলুপ অনি থোক্না লৈরী, অহানবা কাঙলুপ্না পাওনা অনিগুবনা খুন্দাহুনা লৈখিবা মীতৈশিং। খুন্দাহুনা লৈখিবা কাঙবুনা পাওনাবু হস্নবা কাঙলুপনি হায়না নিংখি খোঙবান্দা লৈবা মীতৈশিংনা হায়। মণিপুর লৈবাক অসিদগী খুম্হোকখিবশিংনা ব্রম্মা-রোমদা শন্দোকখিবগী য়া অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মনা ব্রম্মাদেশ য়ৌরকত্রিঙৈগী মমাংদনি। ব্রম্মীজশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্মা চৎপা হৌবসি ১১শুবা চহি চাদনি [১৬]। খৃঃ ১৭৫৮ নিংথৌরেল আলাউঙপয়ানা ☸ মণিপুরবু লান্দা ঙমখিবা অসিদা ফি শাবা হৈবা মীতৈ য়াম্না ব্রম্মাদেশতা পুখিবা মীতৈশিংগী মন্নুংদা য়াওখি। মখোয়শিং অসিবু ব্রম্মাদেশকী সালাইঙ অমম্নুং ঈনওয়াদা খুন্দাহল্লমই। মতম অতুদগী হৌরহুনা মীতৈনা শাবা য়েংবদা য়াম্না ফজবা মখল নখা কয়াগী অয়াম্বা ফি "পাজো" (নামৈ য়েপ্তুনা কোয়শিন্দুনা শেংগা য়াবা ফি) অমম্নুং "থামোই" ব্রম্মাদেশকী মুপী-মুপানা শীজিন্নবা হৌখি। মসিনা মথক থংবা ব্রম্মা ফাওবা শিন্থুংলমই [১৭]।

---

* খুন্দাহুনা ব্রম্মাদা লৈরিবা মীতৈশিং অসিগী মন্নুংদা থরদি মমারোল ঙাংনবগী পাঙ্গল লৈজখিদ্রে, ফিজেৎশিংসু ব্রম্মীজশিংনা চুপশিনখরে। অতুমনদি ওইরগা, মীতৈগী লাইতিনগী অমদি কবি-গুম্বা থৌরম অমা পাঙথোকপদা মখোয়না মীতৈনি হায়বগী খুদম উৎথোক্লবা লাইশঙদা অথেনপোৎ কৎলি, মতু ইমুং মন্নুং পুন্না চামিন্নহুনা মখোয়গী মনাৎপু ঙাক্লিবা অসি মথৈতা মঙাইরে।

১৬ মথক্কী য়াওফম অসিদগী

☸ আলউঙপয়ানা ইম্ফাল কোম্নুংদা নুমিৎ ১৩নি লৈরমই, মুঙ অমা য়ুংলমই, লৈরম্বা তারম্বা খোৎলম্বা পোৎ-চৈ পুম্নমক হুহুনা পুখিরমই, লুম্বনা পুবা ঙমদহুনা নোংমৈ অনি ভুরেন্দা লংথরমই।

১৭ "মণিপুর ইতিহাস"

ত্রিপুরাগী রিয়াং চীংমীশিং তিব্বতশিং অমসুং অরুনাচল প্রদেশকী চীংমীনচিংবসু অফৈবা লৈইশিং অসি মখোয়গী শেৎনবা ফনেক্কা শীজিন্নৈ। অফৈবা লৈইশিং অসিবু লম্মীৎ-তুম্মিৎলোনগী (জিও-গ্রাফিকেল) শক্তমসু কৌবা য়াই। ভারতকী চীংমীশিংনা শীজিন্ন-রিবা ময়োকশিং অসি মনিপুরদগী শন্দোকখিবা ওইবা য়াই[১৮]। টিমোর ঈথৎকী মুপাশিংনসু মনিপুরগী কোম ফূকপা শীজিন্নরিবা সাইপিখুক অতুগুমলদনা অফৈবা লৈইশিং অসি শাজিন্নবা উবা ফংই[১৯]।

## মীতৈশিংনা থ্বাইদগী ফজবা মও দা শী জগ্নরম্বা মরাক ময়ুং (হোত্নুনা পুথোকপা)

| শক্তমগী মওং | ১ব শক্তম শীজিন্নবা | ২বা শক্তম শীজিন্নবা |
|---|---|---|
| মরাক্কা ময়ুংগা মান-নবা মওংশিং | শক্তমগী থংনবা কা অতুগী তজ্মাইগী শরুক ফাওবা লৌ-শিন্দূনা শেম্বা। | মরাক্কা ময়ুংগা মান্নবা। |
| ময়ুংদগী মরাক্কা তেনবা শক্তমশিং | ময়ুংনা শরুক মরি ওইবা মতমদা মরাক্কা শরুক মঙা ওইবা। | ময়ুংনা শরুক অমা ওইবা মতমদা মরাক্কা শরুক অনি ওইবা। |

১৭ শুবা চহি-চাদগীনা ১৯ শুবা চহি-চা লোয়শিল্লকপা ফাওবা।

---

১৮ "প্রীলিটেরেট মেন"

১৯ সটুয়ার্ট এট চিয়ার, "টিমোর এ কি টু দি ইণ্ডিয়ান" দি নেসেনেল জিওগ্রাফিক মেগাজিন, সেপতেম্বর ১৯৪৩ ইং ৱাসিংটন।

**মরাক ময়ুং শীজিন্নবা শক্তমশিংগী পৈথবগী চাং ওনবা।**

| ডিগ্রী | শক্তমগী ফিবম (ফৈনা লৈবা) |
| --- | --- |
| ৫৫° দগীনা ৬০° | পৈরিবা অসিদা শক্তম শেম্বদি, শেম্লিবা মওং অদুনা মপূ ফাবা অমা ওইহনদে, থংনবদা মওং অমা হাপচিল্লগা মপূং ফাহল্লি। |
| ৬০° দগীনা ৭৫° | পৈরিবা অসিদা শক্তম শীজিন্নবা তারবদি থংনবা শক্তম অদুসু মথং মথং, মথক মখা ওনথোকতুনা য়েক্লগা মপূং ফাবা অমা শেমই। |

১৭ শুবা চহি-চাদগীনা ১৯ শুবা চহি-চা লোইশিল্লকপা ফাওবা।

| ডিগ্রী | শক্তমগী ফিবম (য়ুংনা লৈবা) |
| --- | --- |
| ৫৫° | পৈরিবা অসিদা শক্তম শেম্বদি থংনবা অদু অংোপ্পা শক্তম অমা যেকপগী মহুত্তা মথং মথং মংকলোমদা মান্নবা শেমতুনা য়েংই। |

১৭ শুবা চহি-চাদগী ১৯ শুবা চহি-চা লোইশিল্লকপা ফাওবা।

২

মণিপুরদা ফংলিবা আর্টশিংনা কাওনুপ অসিগী মশক লেপকনি। ফ্রান্সকী মাইচৌ মাবসেনা গ্রাটেনা চাইনীজশিংগী চাওখৎপা নৈনৱকপদা "চাইনীজ সিল্লাইজেসন" কৌবা লাইরিক্তা চীনাশিং অসি ঐখোয়গী অশোমদগীনি হায়না খুদোম্বীনা থিন্দুনা তাকপা মাইচৌ অমনী মত পীরি। চীনশিং অসি নোংচুপ এসিয়াগী পামিব চীং ফাওতুনা লাকপা নত্তে ব্রহ্মাদেশতগী ভামো, মেমিন, টালিকু অমসুং টোং-চিং পাং ফাওতুনা ডসিগী চীনাদা খুন্দাখিবনি [২০]।

২০ "এ সোভেনর"।



.                ২                ৩



৪                ৫                ৬



৭                ৮                ৯

খুৎয়েক ৩১

১। শমজি খাকপী হুপীমচা ২,৩। শাঙ কবগী চৈশাবী

৪,৫। শমক্লাং খোমগৎলবী মৌ ৬,৭,৮,৯। মীত হুপা।

পঃ ১২




খুংয়েক ৩২, মীতৈশিংনা শাবা লিক পরেংশিং।

১। কিয়াম লিকফাং (অন্দ্রোদগী ফংবা) ২। যন্ত্র পরেং ৩। থরোই মনিং পরেং ৪। হৈক্রু পরেং ৫। সনদ্রেম্বী পরেং ৬। ভাংগোই পরেং ৭। লিকলু পরেং।

চীন হায়রগা খণ্ডনরিবা লৈবাক অসি মমাংঙৈদা মহাক্কী মমিং মখল মখল লৈরম্মী। মমিং অসিস্থু মশানা থোনজখিবা মিংথোল অমত্তা নত্তে। চীনশিংনা মরৈবাকপু "ছং-হুরা" নত্রগা "চুং-কুও" হায়না কৌরম্মী। "চুং" হায়বদি, ময়াইদা লৈবা, "হুরা" হায়বদি লৈরাং নত্রগা লেমজ্রফম। "কুও" হায়বদি লৈবাক হায়বনি [২১]। চীনাগী হান শাগৈগী মুপাগী খোংগ্রাওদা অমসুং মুপীগী ফুরিংতা য়েকলিবা ময়েকশিং অতুগা মণিপুরগী খম্বনা উকায় কাপ্পদা লিংলম্বা ফুরিং অতুদা য়াওরিবা লৈনা, পাম্বী, থরাই পানবা অমসুং লোল্লিবা খুংলোন, মচু থাবগী মওংস্থু য়াম্না নকশিন্নৈ [২২]। থায়নগী অরিবা মুঙগী মতমগী মীনা শীজিন্নরম্না খুংশু-খুংলাইগা থিজনবদা অরাং কাছার চীংদা ফংবগা অরাং ব্রহ্মাদা ফংবগা অনি অসি খেন্নদে, অনিমক মণিপুরনা মরী লৈনহল্লবনি। সদিয়াদা ফংবা থায়নগী খুংশু-খুংলাইগা চীনাগী য়ুনানদা ফংবগা অনি অসিস্থু য়াম্না মান্ন [২৩]।

মনিপুরদা লৈবা চীংমী অমসুং তম্মোশিংগী শমগী মওঙ অসি মখল অহুম থোক্না চহিগী মতুং ইন্না থায়দোকই। মপুং ফানা নহা ওইরিবা মুপীনচাশিংদা চহি ১০ ফাওবা লুমাংগী শম অয়াম্বা কোকই। লুখমগী শম খাকপা হোই। মসিবু শমজি খাকপী কৌনৈ। মসিনা শাই কল্লকপা মতমদা মপুং ফানা ফজনবগীদমক্তনি হায়না লুমাঙগী শমবু কোকথোকপনি। অনিশুবনা, ময়ুম পান্দ্রিবী লৈশাবীশিংদনা শমলাং কোয়না কল্লরম্মী, নাবু খুমতুনা কল্লকপনা চিনবানগী মপা ফাওবা চোম্বুনা কল্লরম্মী। ভারিয়ান চীংমীশিংদি মুপা অমসুং মুপী চপ মান্ননা শাই ককলম্মী। অহুমশুবা শক্তম্মা ময়ুম পাল্লবী,

২১ হুইরেম মদনমোহন সিংহ "মহাভারতকী চীন" পাম্বা, অনিশুবা চহি মে ১৯৭১ ইং, লমায় ২৫।

২২ "নিউ ফাইন্স ওফ এনশিএট সিল্ক টেক্সটাইল"।

২৩ "এ সোভেনর"।

মৌশিংনা শাইবু খোমগৎতুনা লুতুভদা শম পুল্লি, মাঙ থংবগী নাগী য়েৎ-লোম মায়রোমদা চৎখি্রবা শম অসি সেঃ মিঃ ৫ রোম চৎথনা নাবু খুমছুনা থমই [২৪]। কাছার ডিষ্ট্রিক্টকী লমশিংদা তাবা কবুইশিংস্মু হৌজিক কাওবা শাই ককপা অসি লক্ষীপুর খুনৌ অমস্মুং বাইনা কান্দী



খুৎয়েক ৩৩

সেক্তা কৈদা লৈস্নুংদগী ফংবা পুহাম, নোংথৈ্ অমস্মুং শরিক।
১৮—১৯ স্তুবা চহি-চা মে তাং ৪, ১৯৭৩ ইং।

২৪ টি, সি. হডসন "দি মৈথৈস" লমায় ৩ লণ্ডণ, ১৯০৮ ইং।

মনাক্তা লৈরি। ত্রিপুরাগী মীতৈ খুল থরদস্থু বিশ্বভর, ধর্জনগর অমস্তুং গোলাঘাটতস্থু শাই ককপী অসি উবা ফংলি। মণিপুরগী লম অথাস্বদদি শাই ককপী অসি তোক্লখরে। অতুবু অল্লো খুঙ্গংদদি শাই ককপী লৈশাবী ৪/৫ গুম্বা উবা ফংলি। শাই ককপী লৈশাবী অসি ফয়েং খুঙ্গংগী লাই হরাওবা যৌশিল্লক্লবা মতমদা লৈশাবী অমমম চহি খুদিংগী কক্লনবা য়োকখৎনরি।

ম্নুপাশিংগী শমাশিং অসি য়াম্না পৌই, অতুগা য়াম্না মুই, শাংই অমস্তুং তাশিন্দুনা থমই। মীতৈশিং অসি কোই থাক্লমদে, করিগুম্বা কোই থাক্লবা য়াওরবস্থু মখোয়বু কোই হৌবা হায়না ভাংনরম্মী[২৫]। মীতৈ ম্নুপাশিং অসি য়াম্না মশা নোয়দে, ফুট মঙাদগীনা তরেৎ ফাওবগী মম্নুংদা য়াংই, ম্নুপাশিংনা ম্নুপাদগী ইঞ্চি মরিয়োম হম্বনা নেমই[২৬]।

খোংজাই ফুরুপতি শাই ককপা শমজি খাকপা অসি তৌদে হায়না নীংশিংই। খোংজাই কাংলুপ্তি, হাওকিপ, কিপগেন, শিংহ্লো, রাইফৈ, গাংতে, শিমতে, লমহাও, লেনথেং, লুনকিম, অমস্তুং হল্লুং-দিননি। খোংজাই জাতি অসি চীন চীংশাংদগী মথং-মথং লাক্লুনা মণিপুরদা খুন্দাখিবনি। খুন্দাখিবা খোংজাই ইচিল-ইনাওশিং অসি মাগী মাগী মনাৎ থাদোকনিংদবা অমস্তুং মীগী কাঙলুপ্তা ওন্নিংদবদগী মাগী মাগী শাগৈ পিবাগা কোন্ন-কোন্ননা লৈফম থিরকপনি। মখোয় অসি নোংদা লাইরেন পাখংবগী চহি কয়ামরুমগী মমাংদা লৈরম্বা পোং নিংথৌশিংগী কাঙলুপ ভাক্তনি। মীতৈগী অরিবদা খোংজাইগী শাগৈ থরগী মপুবু তৌথাং তৌহাং ঈগা কোন্নবা নিংথৌ অমস্তুং মীয়ামগী রা শেংনা ইরি। তৌথাংতে, তৌহাংতে হায়না ইরম্মী। তে হায়বদি ময়াম খঙনবা রাবু তে কৌই[২৭]। খুংগী মমাংদা তৌথাংখু, তৌহাংপেনা

২৫ মথক্কী য়াওফম অসিদগী।
২৬ মথক্কী য়াওফম অসিদগী।
২৭ "চীংগী রারী" লামায় ৯৫।

মণিপুরদা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্মী [২৮]। মখোয়শিং অসিবু পোংনি হায়না মীতৈ মাইচৌশিংনা ইরম্মী। মণিপুরগা লৈবাক অসিগা চান্নথ্ৰবা মরুপ ওইনা লোইনরকপা খৃঃ না পোকত্রিতৈগী মমাং-দগী হৌহুনা খৃঃ গী মতুং চহি ১৪০০ ফাওবদসু নিংথৌ কিয়াম্বনা পাল্লিতুৈ ফাওবগী ৱারী ফংই [২৯]। পোং * জাতি অসি লেটিচুট ২৭° অমসুং ২১° পেবেলেলগী (অৱাং) মরক্তা ওসিগী থা ব্রহ্মাদেশকী অৱাং থংবা শরুক চীনাগীনা খা থংবা শরুক্তা পাল্লমই।. খোংজাইশিং অসি মণিপুরদগী চৎলগা নোংপোক্তা খুন্দাকুবনি, অহুগী তুংদা অমুক ত্রিপুরা, সুরমা তম্পাক মনাক্তা খুন্দারুরগা কোন্না অমুক মণিপুরদা চৎলকপনি। চাওরাক্লা চহি লিশিং অহুমলোম কায়নকুরগা অমুক হল্লকপনি। নোংপোক্তা লৈরম্বা পোংলুপ খরদি ব্রহ্মীজ অমসুং থাইশিংনা (টাইলেও) চুপশিনখরে [৩০]।

মীতৈদা য়েক তরেৎ নিংথৌজা, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, ঙানবা অমসুং শরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) লৈবগুম্নদনা চৌংনসু লৈ।

কোইরেং

১। ঙৈয়তে ২। সোংথু ৩। লৈসেন ৪। তুমতিন
৫। তেনতে ৬। ৱালরে ৭। মিকল।

---

২৮ মুতুৱা ঝুলোন "বিজয় পাঞ্চালী (ইংলিস্তা ফোঙবা) অনিশুবা শরুক, লামায় ৭৯।

২৯ "পোইরৈ সনা লৈবাক"

* পোংগী ইহান হানবা নিংথৌ অহুগী মমিং "খুল লাই" কৌই। খৃষ্টাব্দ ৮০ দা পোংগী নিংথৌ ওইখি। From "Khool lai, the first King whose name is recorded in the chronicle, and whose reign is dated as for back as the 80th year of Christian era." Report on the Eastern frontier of British India. by Capt. R. B. Pemberton (1835)

৩০ "এ সোভেনর"।

অনাল

১। মুরচল ২। মাস্থম ৩। পাসেন ৪। চনতুং
৫। রুনলান ৬। হাংবুং ৭। য়াসা

তাঙ্খুল

১। ছুইদাং ২। সাদাং ৩। খোংদাং ৪। খাপুদাং
৫। চৌদাং ৬। সিবুদাং ৭। কিংদাং

খারম

১। সাইফ্ ২। সাইচল ৩। য়াংলা ৪। য়াখৌ
৫। সৈলোন ৬। মরীয়াম ৭। কাইলম

কবুই

১। কাম্মৈ ২। গাংমৈ ৩। গোম্মৈ ৪। লোংমৈ
৫। মরিংমৈ ৬। পানমৈ ৭। ফাওমৈ[৩১]

চিরু ✱

১। চোংতুর (অঙোম) ২। ডাননা (নিংথৌজা)
৩। ডিংথোই (খুমন) ৪। য়াহ্জা (লুয়াং)[৩২]।

ডাঃ ব্রাউননা হায়, মীতৈশিং অসি মোঙ্গোলিয়ান শকলোননি। মখোয়শিং অসিগী মরক্তা য়াম্না খেন্নবা লৈ। অদুবু মখোয়শিং অসিগী মরক্তা কনাগুম্বশিংনা এরিয়ান শকলোন্দা চঙশিন্দুনা মশক তারুবা কম্না হোৎনৈ[৩৩]। অতোপ্পশিংনস্থ হায়, মীতৈশিং অসি মোঙ্গালিয়ান শকলৈনি অদুবু চাং নাইনা এরিয়ান শকলোন্দা চঙশিন্নবা

* পোং লৈবাক্কী অহানবা নিংথৌনি হায়রিবা "খুল লাই" অসি লৈগুক-লৈশোই য়াম্বী লোৎনা পোকপা পাখংবগী মচা নোংপোক মাইকৈ ডাকউ শীখি হায়না মীতৈগী লাইরিক "থাঙলোন থংচন্দ্র" ইরিবা পোং অসি শোয়দনা ওইগনি। "অরিবা মণিপুর সাহিত্যগী ইতিহাস" লমায় ৬।

৩১ ঐখোয়গী কংলা, অহানবা মশিং. অহানবা চহি ১৯৭০ ইং।

✱ চিরু শাগৈদা য়েক মরি অসিদগী হেন্না থেংনদ্রে, অতৈশিংদি মুংখে।

৩২ "থাংজিং চিরু"।

৩৩ "দি মৈথৈস" লমায় ২।

অসি কনাগুম্বশিংগী মহুংদগী উৎলি ৩৪। ফুরুপ অসিবু অম্নাংবা থাক্তা থাক্ষংনবগীদমক মণিপুরদা, মণিপুর পুম্বগী হিন্দুগী মীফম অমা ইংসোক ১৯৩৪ গী মে থাগী তাং ৩০ দা ফমখি ৩৫। চীংমীশিংস্থু ইংসোক ১৮৯৫ দা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখিবদগী ৩৬ মখোয়গী অহুভেংগী চৎনবীশিং অহু নোংম-নোংমগী থাদোক্লরক্লে, মসিনা মখোয়গী পোঙনৈলোন ( এনথ্রোপোলোজী ) অহুবু মফম খঙদনা মাঙখিনবগী মচাক ওইরকই। লৈবাক অমা জাতি অমা মুথৎপা, পুনশিন্নদনবা হোৎনবা হায়বসি ফাইন আর্টকী মথৌনি। মীতৈশিংনস্থু হরাও-তন্নাম্বা পাম্বগী থৌইনশিন্না মনাৎ অমদি স্নারী-শীংবুলগা মন্নী লৈনবা থৌরমশিংবু ইকায়-খুম্নবা স্নাং-লকপগী থুদম খুনায় অসিদা উৎথোরকই, মমৈথংদা মখোয়গী স্নাখলস্থু অস্থুম-অস্থুম থৈজরকই অমদি চৎনবী পুম্নমকস্থ থুগাইরক্লবা ওইরক্তুনা মাংখিবা স্নারে। মীতৈ খুনায়দা চারো-মোরোনবদা মমা থোকপা, মচল মুপী লোবা কাওলুপ্পু য়াইথীবী হায়না খঙনখি। য়েক লৌনবা কাওবুনা হাওজোংপন্দা লৈহল্লম্মী। থোকচাও চিরাই লাল্লুপ চিংবনা (মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম) মনাও মুপী লোই হায়তুনা হাওজোংপন্দা লোই থাই ৩৭। মমা মন্দোল লোবনা লাঙথেল অমস্থং পলেলদা লৈহল্লম্মী। বামোন নিংথোল লোবনা সমবালদা থারম্মী। থৌওংশিং অসি মৈদিংগু খাগেম্ব (খৃঃ ১৫৯৭-১৬৫২) দগী হৌদোকখি। হাওজোং-পনদি মৈদিংগু চন্দ্রকীর্ত্তি (খৃঃ ১৮৫০-১৮৮৬) মতমদগী হৌদোকখি। হায়রিবশিং অসি ব্রিটিশনা মণিপুরদা পানবা মতমদা থুগাইখি।

---

৩৪ ব্রেষ্ট বেঙ্গল এণ্ড আসাম "মণিপুর" লমায় ৫৯, ভারত সরকার'৫৮ ইং

৩৫ "বিজয় পাঞ্চালি" লমায় ৭৫।

৩৬ "চীংগী স্নারী"।

৩৭ "চৈথারোল কুম্বাবা" লমায় ৩৭২।

# আর্টশিং অসি করিগীদমক থোরক্লিবনো

আর্টতি মীওইবগী মহৌশাগী লেঙফদবনি, মসিমক্তি মীওইবগী শক্তমগী মহুৎনি। মখাগী মরমশিং অসিগীদমক আর্টশিং অসি মণিপুরদা থোরকই।

১। থৌনা হাপকংনবা অমসুং মরৈবাকপু কঞ্জনবা হোৎনবা লোয়ননা চীং অমসুং তমবু লীচিং অমদা পুরক্লবা হোৎনবা।

২। মখোয়গী লমচংপু চুমথোকচনবা অমসুং অচুম্বা লম্বী তাকনবা।

৩। তেংবানবা মপুদা নিজবা খুদিংমক থুংনবা।

৪। ঈনাৎপু ঙাক-শেন্দুনা থম্নবা অমসুং মশক তাকথোকহন্নবা।

৫। খুনায়দা মখোয়বু মশক খঙহন্নবা, অমসুং।

৬। ঈনাৎ অমসুং লাইনিং লম্বীবু মমায় লৈহন্নবা হোৎনবা।

য়ারী-শীংবুন কয়াদগী খঙবা ঙম্মী লৈবাক অসিদা লৈজবা মীওইশিংনা মশানা শুজরগা মশানা হিংজবা অমসুং ঙাকচবা লৈবাক অমা ওইরম্মী। লৈবাক ঙাকলোন অমসুং শা-লানগী থবক্তা মথৌনা লৈবা মীওইশিংবু খুৎগী ১৫৪ দগী ১৯ শুবা চহি-চা ফাওবা মনাফি পীতুনা থৌনা য়োকখৎনরম্মী অমসুং লৈমা নিংথৌ অমদি খুনায়না ইকাই খুম্নরম্মী। শেল ওইনা তলব ফঙদ্রবসু মনা-মথুম অমসুং ইকাই খুম্নরিবা অসিগীদমক মণিপুরগী মতম অতুগী ফম্নাইবশিংনা লৈবাক নিংথৌদা মশা য়োম্বোক্লম্মী অমসুং মথৌদাং পাঙথোকপদা মথরাই ফাওবা কৎথোক্লম্মী। লৈবাক নিংথৌনা পীবা খুদোলশিং অসিদা পুমপেন পেঞ্জরম্মী। মনা পীনবগী খুদোংচাবশিং অতু শুনা ফংদ্রিবা ফমনাইবশিংনা ফংবা য়াবা

খুদোলশিং অম্ভু শুনা ফংনবা লৌশিং মপাঙ্গলগী মথৌনা উংথোকই। মথোয়না মথোয়গী ফংবা য়াবা খুদোলশিংনা শেলনা মনা পীবদগী হেন্না মমল য়াম্মী হায়না লৌই[১]। অকন-অথৌদা পবি পীনরম্বদগী মৈদিংঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা (খৃঃ ১৫৯৭—১৬৫২ গী হৌনা পরিক্তি হায়বা মনাফি পীবা হৌখি[২]। পীরম্লিবা মনাফিশিংসিদা ফংজরিবা মথোয়গী পারী-পুরীগী হৌরকফম খঙনবা অমসুং নীংশিংহন্নবা খুদম্না য়ুম্ফম ওই-হল্লগা মনাফিগী আর্ট অমা পুথোরকখি। মসিনা ঈনাৎপুম্বু মশক তাকচৈ। লৈবাক খুনায় অসিগী মুপাশিংনা মুপীশিংবু ইকায় খুম্নবগী মতাংদসু মুপাশিংনা চংখিব্রা লানফম অতুবু য়াইফবা ওইরক্লবদি কোম্মুংদা কাথৎতুনা লৈরিবা লৈমা অমসুং মুপীশিংনা মথোয়দা মনা ফি পী। মসি মুপীবু লৈবাক খুনায় অসিনা ইকায় খুম্নবগী খুদমনি। ৱাক্লরবা অমদি চোকথকরবা ৱাথল অমসুং পাঙ্গল পুম্নমক কাউথোকহল্লি অমসুং খুনায়দা লেমজনিংঙাই ওইহল্লি। অশুম্না মুপীনা মনা ফি পীবগী থবক অসি মৈদিংঙু পামহৈবগী হাক্তক্তা তোকখি।

মমা-মপা ওইবশিংনা মচা নিংডোলশিংবু তাঙকক অহুম থোক্না মফি থোনবী। অহানবদা, তোঙকাপ ফনেক. চউম্বা ফাওবা (চহি অহুম ফাওবা), অনিশুবদা, খোইজাও লোনবী চহি অহুমদগীনা তরেৎ -নিপাল ফাউবা, অহুমশুবদা, অকোয়বী ফনেক (চহি তরেৎ-নিপালগী মথক)। তোঙকাপ ফনেক থোনবীবা অসিনা মমা মপা ওইবশিংনা নীংজবা মচা অতুগী তুংগী ফিরেপ্পু মশক তাকপনি। তোঙকাপ ফনেক হায়বা অসিগী মিংনসু মচা অতুবু মমা মপানা কাপ ওন্দুনা থমখ্রবনি হায়বা ৱাকমসি খঙহল্লি। থোনখিব্রা ফিশিং অসিগী মতুং ইন্না মমা

১ স্যর জেমস জনষ্টোন, কে, সি, এস, আই "মাই এক্সপেইরিএন্স ইন মণিপুর এণ্ড নাগা হিলস" লামায় ১৪২।

২ "চৈথারোল কুম্বাবা" লামায় ৫৮৩।

মপাশিংনস্থ মচা অসি অসিগুম্বা থাক্তা য়োরে; মহাক্কী তৌবিফম থোকপা মতাঙ য়োরে হায়বনচিংবা নীংশিংনৈ অমস্থং খুদম ওইনৈ মসিনা লৈবাক অসিগী খুনায়গী মীপুমতিংনস্থ থোনবিরিবা ফিজেৎ অসিগী মতুং ইন্না মহাক্কী ফিবম খঙনৈ। অশোইবা অমদি মমা মপাগী থৌদাংস্থ পাঙথোকত্রবা মতমদস্থ ফিজেৎ অসি য়েংহুনা লৈবাক-খুনায় অসিনা ভাংনৈ। শেৎলিবা মথোয়নস্থ ফিজেং অহুগী খুদম অহুবু য়েং-জহুনা মহাক্কী তৌফম থোকপা অহুবু ঙাক্না চৎলি। মসিনা মথোয়বুস্থ পুন্সিগী লম্বীদা তাঙকক নাইনা লমজিং পান্না অমা তম্বীবনি।

পুন্সি স্নুঙশাংনা পানজগে, ঈচা-ঈশু ফঙজগে, লন-থুম ফঙজগে হায়বনচিংবা নিহুনা উমং লাইশিংদা কি কৎনৈ। ফিদা নত্তনা, থাককল সেকপিন, অসিনচিংবস্থ কৎনৈ। উমং লাইশিংদা মথক্কী হায়রিবা পোৎশিং অসি কৎপা মতমদা উমং লাই খরদদি কৎপা অসি নিংথৌ-শিংনা থিঙলম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা জিলা দরবার চৎপা মতমদা য়াইফনবা হায়হুনা মমানা ফয়েংগী শন্নাং লাইদা "চীয়োং-শাঙা লৈয়োং ফি" কৎখি। মণিপুরগী মৈদিংঙুশিংনা উমং লাইশিংদা চহি খুদিংগী পুন্সি স্নুংশাংনা পান্নবগীদমক, চাকহোঙ-ভাহোঙনবগীদমক ফিশিং মাইচৌ লোইশঙনা কৎলি।

লাই হরাওবা, সেকপিন য়ুংবা, থাককল খনবা, পে, চুং, অসি-নচিংবা অসিনা ঈনাৎপু ঙাক-শেন্দুনা থমলিবনি অমস্থং মথোয়শিংসি ঈনাৎকী খুদমনি। চীংগী মীশিংনস্থ তম্মীগী মীশিংনস্থ চীয়োং অসি শীজিন্নবনা, মথোয়গী মনাৎনা য়ুমফম ওইহুনা স্নুংঙাইবা ফোঙদোক্লিবা মনাৎ অহুবু ঙাকথোকহল্লি। ঈনাৎকী খুদমশিং অসি থৌরম খুদিং-মক্তা উৎথোক্কুনা মথোয়গী মনাৎপু মতম পুম্নমক্তা ঙাক-শেন্দুনা লৈহল্লিবনি। মসিগী মতেংনা মণিপুরগী ঈনাৎপু মশক খঙহনবগী থৌদাং য়ারীবনি।

নিংথৌ. কমনাইবশিং অমসুং মীচম মীয়ামশিংগী মশক তাকচনবা আর্ট অমদি ফিজেৎ কয়ামরুম খায়দোকলম্মী। নিংথৌগী মচাম্পী অহল তম্ফাম্নাদনা পুমথিৎ (অপুন ময়েক) ফনেক শেৎকনি হায়বা চৎনরকই। তম্ফাম্নানা লৈখিদবা মতমদদি অতৈ নিংঙোলশিংনা ফনেক মথল অসি শীজিন্নবা য়াদে। মরা, মপুরোইবা লৈত্রবী লুখ্রাবীশিংতনা হিজম ময়েক শেৎলি। কনাগুম্বা মাইচৌশিংগী মততসু হিজম ময়েক অসি লুরাং সল্লাইবু খঙৈ। ফনেক অসিনা মহাক লুখ্রাবী ওইরে হায়বা অসি খঙনৈ। নিংথৌগী মচাম্পী লুহোংবা তারবদা খুল্লক্তা পোকপশিংগা উন্বাগী পোংচৈ মান্নহন্দে।

অনৌবা লাইমিং লৌরিবা গৌরিয়া বৈষ্ণব ধর্ম্মনা মহাক্কী লাইনিং লম্বীবু চুশিন্নবা হায়হুনা, পাথাংকোক, পুথাংকোকতগী চৎনরক্লিবা লাইনিং লম্বী অমসুং. ঈনাৎকী চৎনবী কয়াগী আর্টশিংবু পুশিন্দুনা মমাঙ থাহল্লি। মসিনা লৈবাক-খুনায়দা থোরকপা মতমদা মাঙ্গ থাদুনা লাক্লিবা আর্টশিংবু উবমক্তদা চপ মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংদুনা লাইনিং লম্বী অহুগা চুশিন্নখি।

ইংশোক ১৯৭১ ইংগী নবেম্বর তাং ৮ দা মরিঙবা আসাম রাইফলগী মমাংদা তৌথোকপদা ফংখিবা মুঙ অদু য়েংলুরগা লৈবাক অসিদা হান্নদগী চৎনরক্লিবা লাইনিং লম্বীবু নমথদুনা থমলি হায়বা রাফমবু খঙহল্লি। মুঙ অসি শরুক অনি থোক্না য়েংবা য়াই মদুদি, মীতৈ ময়েক অমদি অয়েকপা লাই, রামগী মনাই হনুমান্না মুপী অঙবু মখুৎ লোন্নদুনা লৈরিবা শক্তমগী মথক্তা য়েক্তুনা থমই। থম্বা মতমদা হনুমানগী ওই-থংবা মখোঙগা মুপী মকোক্তা শম্নহল্লি। মুঙ অসি ১৮ শুবা চহি-চা লোইরমদাইগী মতমগীনি। মুঙ অসি ফুট ৬ কা ইঞ্চি ৭ রাংই, ফুট ৩ লোম পাকই। মোংবা হনবা উমংদা (মহাবলী উমংদা) লৈরিবা হনুমানগী শক্তম অসি মা কৈথেলদা য়ুংলম্বা মুঙনা ফুকতোকতুনা শাখিবনি *।

---

৩ "চৈথারোল কুম্বাবা" লামায় ৭৭।

# শক্রম অমস্নং খুনায়

খম্বনা উকায় কাপ্পদা ক্লিৎপা ভাংনা লাংবা ফুরিৎ অহু মোইরাংগী থোইবীনা খম্বগীদমক শাবা ফিনি। ওনখিবা চহিদা উকায় কাপ্পদা লিৎনগদবা ফুরিৎতি ভাংনা লাংবা লিৎকদবনি হায়না অঙম-অথৌশিংনা য়ারেপ তাম্নখিবা লৈবনা উকায় কাপ্পদা লিৎকদবা ফুরিৎসি থোইবীগী মপা চিংখুবগী লৈতবনা মচা থোইবীগীদা লৈ খংনা খংনা লৈ-লাকপরা হংবদা থোইবীনা লৈতে হায়রগা, খম্বনা উকায় কাপ্পদা লিৎলকপা চিংখুবনা উবদগী, লৈবাক্কী য়াথোক ওইখি্রবনি। য়াথোক ওইখি্রবা অসিগী মরমদি, ভাংনা লাংবা ফি শীজিন্নসি হায়নবা অসিদগীনি। ফি অসিদা য়েক্লিবা আর্টকী শক্রম অমস্নং মচু অসিনা মতম অহুগী মোইরাং খুনায়গী ওইরম্বা ফিবম অহু খভহল্লি।

খম্বনা উকায় কাপ্পদা লীৎপা ফুরিৎ অসিগী ফিশাদা য়াওরিবা উ, পাম্বী, শা-ভা, ভ্রীন-কাং অমস্নং লৈনানচিংবা অসিদা মতম অহুগী খুনায়গী চপ চাবা মমি তাই হায়বা য়াফমসি নৈনবা য়াই। উ পাম্বী-শিং য়াওরিবা অসিনা মহৌশাগী খুৎশেমগা মরী লৈনবা অহুবু উৎপনি। মীতৈগী জগোইবু মপূং ফাহন্দুনা ফজরিবা অসিগী হৌরকফমদি উ পাম্বীশিংবু মহৌশা খুৎশেমগী মহুৎ শিন্দুনা, মরী লৈনহন্দুনা শীজিন্ন-ন্নিবা অসিনা অমনি। মীতৈগী উমং লাই হুয়াওবদা মথল কয়াগী জগোই খুথেক উৎপা অসিদা উমংশিংগা মরী লৈনৈ হায়বা য়াফমসি খভহল্লি। জগোই য়াস শান্নবা মতমদা মগুলী শেম্বদা উয়ি, উনা, টুশানচিংবনা শেমল্লিবসিনা জগোই য়াসসু উশিংগা মরী লৈননা উৎলি

হায়বা তাকই। ফুরিৎ (হ্বাথোক ফি) অসিগী মফম খরদা ঙাগী শক্তম য়েকপা য়াওরী, মসিনা লৈবাক অসিবু চাকহোঙ-ঙাহোঙনা পাল্লি হায়বা হ্বাফমবু উংলি। য়েক্লিবা খুদিংমকপু আর্টিষ্ট অসিনা থব্রাই পানবা জীব অমা ওইহল্লিংই হায়বা হ্বাফমসি য়েকলমল্লিবশিং অসিনা খঙহল্লি। মহোশাগী থব্রাই পানবশিংগী ফজবা লমচৎশিংবু আর্টিষ্ট অসিনা ময়েক শেংনা উৎথোকলি।

নিংথৌগী মচা নিংঙোল তফাম্নাদনা পুমথিং ফনেক্কী ময়েক (পাখংবগী ময়েকশিং) শিং অসি মখোয়তগী ওইনা থনম্মী। শক্তম অসিবু খুনায় অসিনা নিংথৌনা পামঙরিবা শকক অমুবু ঙাকপীবনি। খুনায়না ঙাকপীরিবা অপাম্বা শরুক অসিগী শক্তম অসি শীজিন্নবগী মীশক লৈত্রবদা খুনায় অসিনা য়েংই, ফনেক অসি খুনায় অসিনা মাঙহন্দুনা থম্বা অসি পাম্মী, হ্বাক্তম অসিনা খুনায়দা চয়েংনবা থৌদোক কয়া থোকহল্লি।

নিংথৌগী মনা ফি ফংলবা মীওইশিংবু খুনায় অসিনা মহাক্কী লৈবাক্কী ওইবা থবক থৌরম অমদি মথৌ মওম অমুবু কোকপি। ফংল্লিবা ফি অমদি শক্তম অসিনা মহাকপু ফুবা চৈবা তৌবা য়াদে হায়না মতম পুম্নমক্তা লৈবাক-খুনায় অসিনা কন্দুনা থমই। নিংথৌনা মনা ফি ফংলবা মহাক্তি নিংথৌ ঐশা মান্নে, মবাল লৈরবস্থু মহাক্তি ফুবা চৈবা যারোই হায়না লাউথোকই।

কিজেংশিংগী শক্তমগু নুপাশিংনা খুকউদগী খরতমক চোম্বনা শেৎনরম্মী, মসিনা মতম অয়াম্বদা লান্দা তৌতুনতা মরৈবাকপু ঙাক্লম্মী হায়বগী হ্বাফম উৎথোকই। নুপীশিংনগু খুবোমদগী খরতমক চোম্বনা ফনেক শেংপগী খুদম উৎলিবা অসিনা লৈবাক-খুনায়দা মখোয় অসি থবক কন্না নোম্বা কাঙলুপনি হায়বা উৎথোকপনি। শক্তম অসিনা লৈবাক খুনায় অসিগী মরাইবক লেপতুনতা লাকলিবনি। মসিগী হৌরকক্মদি চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌগী খৃঃ ১৮৫০ গী মমাংদা ইমুং অমদা

মুপাশিংগী অশুম্বা শিন্থা খায়দোক্লম্মী। মচা অহলনা, নিংথৌ শেনবা ওইখি। অনিশুবা মচা য়াইমনা, মাইচৌ লোয়শঙদা লৈখি। অহুম-শুবা মচানা শঙলেন্দা লৈখি। মরিশুবা মচানা, লৈকাই শিংজারোই (লাম্মী) ওইখি। খৃঃ ১৮৫০ গী মতুংদগীদি মখক্কী চৎনবী অসি খরদা হোংদোক হোংজিন তৌখি। মচা অহলনা, মাইচৌ লোয়শঙদা থাই। অনিশুবা মচা য়াইমনা, নিংথৌ শেনবদা লৈখি। অতৈশিংদি অহোংবা তৌদে। মমা মপানা ফমনাইবা ওইরবদি হায়রিবা পুন্নমক অসি তৌনদে। অশুম্বা চৎনবা অসি চুড়াচান্দ মহারাজগী কে, সি, এস, আই সি, বি, ই, গী মতম ১৯১৩—১৯৪১ দগী তোকখি। মসিদগীসু নুপীশিংতনা লৈবাক-খুনায় অসিদগী আর্টশিংগী শক্তম খরদি লৌহুনা লৈরম্মী।

মীতৈশিংনা লাইনিং লম্বীগা মরী লৈননা শক্তম অমা পুথোরকপা তারবদি মহাক অহু লৈবাক-খুনায় অসিদগী অরাফম তাহল্লি। মসিগী খুদমদি উমং লাহশিংদা ঐনা কংনিংই হায়রুনসু মশক নাইবা পোৎ ফি, থাককলনচিংবা পংকৎ কৎপা অসি থিংলমলিবসিনি। চোথেগী আর্টশিং খরদি, পুথোকপা তারবদি লৈবাক-খুনায় অহুগী মখা য়াম্না পোন্না থমই। মখা পোল্লিবা আর্টশিংগী শক্তমশিং অসিনা, মখোয়গী লৈবাক-খুনায় অমদি লৈবাক মরা তপ্না লৈবা ঙমই।

## লোইরবা

# হাপচিনবা এ

মথাদা পীজরিবা নিয়মশিং অসিনা খুদম ওইহুনা লাইব্রিক অসিগী শরুকশিংদা য়াওরিবা থায়নগী ফিরোলশিংসি চুমলে হায়বগী খুদম।

১। মমাংঙৈগী মতমদা ফিদা লোনবা খুদিংমক য়েৎলোমদগী হোৎহুনা ওইরোমদা লোইশিনবা ভাহাক্তনি।

২। লোনবা লোইরমদবা শরুকসু, লোল্লিবা অহুগী ওই থংবা শরুক্তা লোইদবা থেংনৈ খুৎয়েক ১৫।

৩। য়েৎলোমদগী লোনবা হোবা তারবদি য়েৎতুম অহু য়ুংনা য়ুংনা থিন্দুনা লোনগনি।

৪। মথক্কী থৌওং অসিদা লোনবা তারবদি মোন, শামুক অসি নচিংবগী মথক্তা থাহুনা লোনগনি।

৫। মচু শীজিন্নবগী মতাংদি "মচনা ফোওদে'কপা" হায়বা অহুদা য়াওরিবা অহুনা খুদমনি।

৬। ময়েক থোকপা, ময়েক লোনবগী শক্তমসু "আর্টকী শকওং অমসুং শক্তম" দা পল্লিবা অহুনা খুদমনি।

৭। ফিদা ময়েক থোকপা খুদিংমক ময়ুংদা ময়েক হাপ্তুনা থোক-হনব নত্তে, মফেন্দা ফেনহুনা ময়েক থোকহনবনি। মফেনদা ফেনহুনা ময়েক থোকহনবা অসিনা ফি অহুবু মতম কুইনা শীজিন্নবা ঙমই অমসুং মথা থংবা শরুক অহু ময়েক উওনা শাবা ঙমই।

৮। য়েক্তুনা তাক্লিবা থায়নগী শক্তমশিংগী চহি লেপ্পাগী য়ুমফমদি "ফ্রিগী পুল্সি" অমসুং "মীতৈ আর্টিষ্টকী লমচৎতা" নৈনরিবাশিং অহুনা ওইগনি।

---

## হাপচিনবা বি

### অশংবা বাহে শাঙ্কনবা

ইবা—মুণ্ডা মমেক ইবা, ফংবা—নৈবাক তৌথোকপদা ফংবা মুঃশঃ—মুণ্ডা শান্না শক্তম।

১। চীংনিং নিংথৌ, কৌক্রুগী মরমদা ইবা মুণ্ড।

২। কোস্থোজম লাইরিংথী, মুণ্ডা ইবা, (লাইরেম্বীগী মরমদা) ফনেক ১৮ চহি-চা, ফনেক ১৮বা চহিচা অমসুং ফনেক অনি।

৩। লমদেং, মুণ্ডা ইবা, পোইরৈতোন খুম্বোকপগী মরমদা, ফুমজিন্দুনা থমলিবা ফনেক, ১৭শুবা চহি-চা ফনেক, ১৭শুবা চহি চা ফনেক ১৭চহিচা, ফনেক ১৮শুবা চহি-চা, নিংথম ১৭শুবা চহি-চা।

৪। কাঞ্চিপুর, থায়নগী কোমুং

৫। লমাংদোং, বিষ্ণুগী লাইশং* চিংথংথোম্বগী খোঙউপ, ১৮ চহি-চা।

৬। নিংথৌখোং, রাথোক ফি, ১১ চহি-চা, খগ্বগী ফুরিং ১১ চহি-চা, শাসবা ভাসবা ফি, ১১ চহি চা।

৭। ভাংথলরাই, থোইবীগী ফি, ১১ চহি-চা, থোইবীগী ফি,১১ চহি-চা, খম্বাগী ফি ১১ চহি-চা খম্বাগী নিংথম ১১ চহি চা, কবুই শগাং মাইবগী ফি ১১ চহি চা।

৮। ইম্ফাল, চিংথংথোম্বগী ফুরিৎ ১৮ চহি-চা, চন্দ্রকির্তিগী কোয়েৎ মথাং থুরুক অনি (অশুবা শুদবা) ১৭ চহি-চা, নিংথৌ ফি শাইককপা ১৭ চহি চা, নিংথৌ ফি শাইককপা ১৭ চহিচা চা নিংথৌ ফি শাইজোনবা ,,

---

* লাইশং অসি মৈদিংঙু কিয়াম্বনা পাল্লিবৈ মতমদা (খৃঃ ১৩৬৭-১৫০৮) পোংনিংথৌ কিয়াম্বনা মুংয়ায় অমা পীখি। অতুবু বিষ্ণু চক্রনি হায়না লাংখি অমসুং লমশিবু বিষ্ণুপুর কৌখি হায় অমসুং মহাকী মতমদা শানখিবনিসু হায়নৈ। বিষ্ণুগী ফুরা অসি ১৮শুবা চহি-চাদা মৈদিংঙু চিংথংখোমবনা লমাংদোংদা ওরা লানগাইবগী করো তম্প্রাক হনুদেকপা ভমান্ত্রেভদা লমাংদোংদা লৈরিবৈদা শাখিবনি হায়রিনি। চুমানঙাই ওইগদ্রা খল্লি।

য়ানকর্ক ফুরিৎ, থায়নগী কংলা, মুঙদা ময়েক ইবা অমদি লাই য়েকপা, ১৮ চহি-চা, কাঙশি ১৯ চহি-চা, ভদ্রনা ফকলাংদা য়েকলম্বা, ১৯ চহি-চা, মুঃ শঃ মতৈ মনাও. মুঃ শঃ মখুৎ মরি পানবা লাই মুঃ শঃ লাই মুপা, কংলাদগী ফংবা ১৯৬৮ ইং, সানাগী য়াহোং, সানাগী হি, সানাগী পুখম লৈমুংগী কুমজনথিবা, কৈথেল লাইরেম্বী।

৯। টিপাইমুক, মুঙদা য়েকপা. পামহৈবগী খোঙ্গুল ১৮ চহি-চা

১০। লৈশাংখোং, থাগেম্বগী খোঙ্গুল ১৬ চহি-চা, মুঙদা ময়েক ইবা।

১১। ময়াং ইম্ফাল, চীংথংখোম্বগী ফুরিৎ ১৮ চহি-চা।

১২। তেংনৌপল য়োক, পীন-পালিন, মুংয়ামঙম্বনা থকুম্বা পাত্র, পীনচাক্রো ১৬ চহি-চা।

১৩। খুরুখুল, কোয়েং অনি।

১৪। ফয়েং, শরোং থোপতিন ফি, চীরোং শা ঙা লৈরোং ফি

১৫। মোইরাং, পীথ্রাইগী নোং-শাবা, পীথ্রাইগী নোংশাবা, থোইবীগী য়েনগাউ ফি, ভদ্রগী লাইশিং, মুঙদা ময়েক ইবা।

১৬। খোংইবু, মুঙদা ময়েক ইবা মশিং মঙা।

১৭। কাথা খুঙ্গং, কাগোক, লঙচাক খুদেং, থায়নগী থাঙমৈ মখোং।

১৮। টেঙ্গোলজাং. চিংথংখোম্বগী খোঙ্গুল।

১৯। অখুই, চিংথংখোম্বগী টা

২০। উখ্রুল, নিংথৌ ফি।

২১। মাও, অচৌ-অচৌবা মুঙ

২২। হিয়াংলম খুনদোন. মুঙদা ইবা, নিংথৌ ফি শাইককপা

২৩। খোঙজাই খুল, মুঙদা ইবা অমসুং য়েকপা।

২৪। তরাও খুঙ্গং, মুঙদা ইবা

২৫। অন্দ্রো খুঙ্গং, মুঙদা ইবা, কনাপ ফনেক অহুম, অয়েকপা হুমাই, অয়েকপা ফক।

২৬। শিখোং, মুঙদা ইবা।

২৭। রাংজিং, চন্দ্রকিত্তিগী খোঙ্গুল ১৯ চহি-চা।

২৮। নিঙেল, থাংজিং মতৈ মনাও য়েকপা, থাংজিং মতৈ মনাও য়েকপা, চন্দ্রকির্তিগী খোঙ্গুন।

২৯। নময়াং তুরেল, ভমখৈগী মরমদা য়ুংবা।

৩০। ফুনাল চীং, মুঙদা য়েকপা।

৩১। লিলোং, ফনেক অনি।

৩২। খোঙহামপাৎ, লামফি।

৩৩। কাছার, মনা ফি, চিঠী উপু ১৯ চহি-চা, নরশিংহগী হিদাকপু, ফুরাশিং, ভুবন চীং, দেবেন্দ্রগী খোঙ্গুন ১৯ চহি-চা

৩৪। শিলেট, ফুরাশিং।

৩৫। সিবসাগর, থায়নগী ফি, থায়নগী পোৎ-চৈ অহুম।

৩৬। লক্ষীমপুর, মণিপুরী থাল অহুম।

৩৭। খিপুমৈ (কোহিমা) নমডা ভৈগাচন্দ্রগী খোঙ্গুল *।

৩৮। সাগাইং, পামহৈবনা হকলম্বা থাঙফম।

৩৯। তমু, থোইবীগী ফি।

৪০। উখা, মুঙদা ময়েক ইবা।

৪১। চিংথংখোম্বগী খোঙ্গুম অহুম।

৪২। মাহল লোকচাও, শামুগী খোঙ্গুন।

৪৩। জাত্রিক, খোঙ্গুন।

৪৪। মালোক, মুঙদা ইবা।

৪৫। সম্বুললোক, মুঙগী শক্তম

৪৬। শেক্তা কৈ লৈচুংদগী ফংবা মে তাং ৪, ১৯৭৩ ইং শেনথাই-শিং, শিংজং অনি, থাঙ অহুম, ভা অমা, নোংথে, পুহাম, কাঙচুপ অনি, শরিক মথল অনি, ( পুন্না তরুক ) চফু মচা অনি, চফু মথল অহুম, পীথ্রাইগী পাত্র অমা, তেঙকোৎ [illegible] অমদি মচা।

৪৭। তুম্নাই তুরেল, চন্দ্রকির্তিগী খোঙ্গুন, থাংজিং মতৈ মনাও মুঙদা য়েকপা, হুই য়েকপা, থাংজিং মতৈ মনাও য়েকপা।

৪৮। বদরপুর, মণিপুরগী ভমখৈগী মুঙ য়ুংবা।

৪৯। জুনাল তুরেল, পামহৈবগী খোঙ্গুন।

৫০। লক্ষিপুর রারী-শীংবুনগা মরী লৈনবা মুঙ।

৫১। হৈরোক, বুধদেবগী শক্তম।

৫২। নিঙেল, পিথ্রাইগী নোংশাবা

৫৩। ইঙোরোক, বুধদেবগী শক্তম।

---

* হৌজিক ময়াম্না খঙনরিবা খোঙ্গুন অসি গম্ভীরসিংহগী নত্তে মহাক্কীনা নমডা অসিনি। তোঙান তোডাম্না লৈমিনরম্বদগী পুনশিন্না হুনা থমখিবনি।